## অকোংবগী মারোল

মে ডেগী রারী লিথুন অসি অহানবদা ১৯২৯দা কো'র্থি অমসুং খুৎমম কয়ামরুম হয়া নমথি, কোপী মীলিয়ম মথাই অমদগী হেয়া য়েদ্বোকথি। মসি নীউ য়োর্কী ইন্টর্নেসনেল পব্লিসর্সনা ১৯৪৭ তা নমথিবহুগী হয়া শেমদোক্লব অমুক হয়া নবা খুৎনমদগী কলিকাতাগী ঘুস এণ্ড পেয়োডিকেলসনা ১৯৭৭ তা কোংবা ইন্দিয়ান ইডিসন্দগী লৌগ্রাকপম মদিয়াচাঁন্দনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা ইহান হানবা মনিপুরগী খুৎনম্রি। লাইরিক অসি মে ডেগী চাম্মাণ্ডবা কুমণ্ডনগা মরি লৈননা কোংবনি।



অহানবা কোংবা:—মে ১, ১৯৮৬
কোপি মশিং:—১০০০

মমল :—লুপা ৫/-

অকোংবা :—মাইবম চন্দ্রনা
ইম্ফাল টাউন কমিটি, ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টি (মার্ক্সিষ্ট) কী মহুৎ শিন্দুনা কোংবা।

মফম :—পিপলস প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

# মে ডেগী মাগী লিখুন

মে ডে, থবক্ শুবগী মতম হেয়া তেনশিনহন্নবগী দাবীগা থাম্বা নৈতম্মা লোয়নহনা লাকই। ইউনাইটেদ ষ্টেটস অফ আমেরিকাদা কল কারখানা লিংখৎপগী চংনবী পথাপ থোরক-পগা মে ডেগী মশকনু অহূম থোরকলে।

শিন্মীশিংনা মখোইগী তাঞ্জরিবা দাবীশিংহুগী পোয়ম পোখি থিরকপগা ইরোন্নমনা নৈবাক অসিদা থুংশুনম হেন্দ পগীদুনক হৌখদগী হৌনা থবক লেপথোকপা অন্দোলন তৌহনা লাকপা; থবক শুবগী পুংশিং তাখহনবগা লোয়ননা শিন্মীশিংগী অপুন্বা মরুপ শাগৎনবগী দাবীসু লেপ্তুনা তৌরকখি। মখোয়গী মথক্তা মীওইবগী চংকম থোকপা শাতং অমু চত্তুনা থবক্তী পুং মশিং হেয়া থবক শুহমখিবগী অরুবা চৈনাহ শিন্মীশিংনা হেয়া হেয়া খাংলুকখি, মরম অসিমক্তদগী নোংমগী মমুংদা থবক শুবগী মতমসি ককথনবা মমমদা হেয়া কম্না লাউনরকখি।

তয়ামাপলশুবা চহি চা হৌরকপা মতমদা ইউ, এস, এদা "নুমিৎ হেক থোরকপদগী নুমিৎ থম হেক তাবা" কাওবসি মোংমগী থবক শুবা মতম্মি হায়না খজহল্লম্মী। মোংমদা পুং তয়ামরি, তয়াতরুক অমসুং তয়ানিপান আসি শুগদবনি হায়-বসি খজহনবা য়াওরমদে। ইং কুমজা ১৮০৬ তা ফীলাডেলফীয়া

সহরগী লং শুংবগী থবক শুবশিংগী মথক্তা লালহৌ তৌবগী মরাল শিজিনবীহুনা; চুরুতগী থবক লেপ্পা অন্দলোন তৌজব-শিংহুগী লুচৌংবশিংবু বীচার তৌরকপা মতমদা মতমদুদা নোংমদা থবক শুবশিংমা পুং তরামাপল অমমুং কুম চুপ্পা থবক শুহন-লম্মী হায়বসি কম্না পুন্নরকখি।

ইং কুমজা কুন (১৮২০) অমমুং কুহু্া (১৮৩০) শুবা মতম অহরাইদা নোংমদা পুং ১০ তমক থবক শুহননবা থবক লেপথোকপা অন্দলোন তৌবা থেংনখি। মালেমদা ইহান হানবনি হায়না লোনরবা ইংলেণ্ডদা শেমখিবা ইউনিয়ন তাহ্-দগী চহি অনি হাঙ্গৎনা কীলাডেলকীয়াগী মেকানিক্সকী ইউ-নিয়ন অসিনা হান্না শেম্নমে হাল্লবসি; ইং কুমজা ১৮২৭ তা যুমশাবগী মিস্ত্রিশিংনা নোংমদা ং পু ১০ তমক থবক শুগদবনি হায়না তৌখিবা দাবীশিন; অরাবা থুদম্নি। ইং কুমজা ১৮৩৪ দা নিউ য়োর্কী তল চৌবশিং (বেকর) গী থবক লেপ্পা অন্দ-লোন্দুদা, 'য়ার্কীংমেনস এডভোকেট' হায়বা পাউচেনা "তল হৌবগী শিনফংজিগী কোয়না কোয়না চতুনা তনহাবা কাংবু-শিংমা মীশর (ইজিপ্ত) গী মীনায়শিংনা তৌখিবা অহদগী চবি কয়ামরুম হেম্না য়ানা লেনখি। মখোয়না নোংমগী চাংচত্তা পুং কুনমরিগী মনুংদা পুং তরানিপান্দগী পুং কুন কাওবগী চাদ থবক শুহনখি" হায়না পাউদমখি।

নোংমগী মনুংদা পুং তরাতমক থবক শুগদবনি হায়ব দাবী তৌরক্লিবসিনা কল্লিবা লমদমশিং পুম্বদা; অচৌবা ইহৌ

অমগী মশক লৌরকখি, ইং কুমজা ১৮৩৭ কী ডিপ্রেসন (শেল থুমগী ক্ৰাইসিস কংথরক্লবা) মতমদা মতম খরা মসি লিংহৌরকখি, অহুবু প্রেসিডেণ্ট ভান বুরেনা লুচিংবা কেন্দ্রেল সরকারনা মোংমদা পুং তরাত্তমক খবক শুগদবনি হায়রবসি সরকারগী খবক শুকম পুন্নমক্তা থৎক্তা শিজিন্নরিবা শিন্মীশিংবু শিজিন্ন-গদবনি হায়না য়াথং তাখি।

মালেম পুম্বগী ওইনা নোংমদা পুং তরাত্তমক খবক শুহন-গদবনি হায়রবসি মথংগী চহি-চা খরা কাওবদি লাক্লেংলহুনা লাকখি। কল কারখানা লৈবা অয়াম্বা মকমদা পান্দমসি কংবা ইকুই কুইত্রিডৈদা শিন্মীশিংনা মোংমদা পুং নিপাত্তমক খবক শুগদবনি হায়বা পান্দমসি অমুক লাউমরকখি। ইং কুমজা মাঙ্খে (১৮৫০) চনশিল্লকপা অহুরাইদা ইউনিয়ন কয়ামক্রম শেমগৎপগী মপাঙ্গল লৈরকপা মরম্না পান্দমশিংবু মপুং ফানমবা হোংমরকপদা অনৌ অমৌবা কারবা কয়া ফংখি, অহুম ওই-নমক, ১৮৫৭ কী শেলথুম মরায় চায়থরকপহুনা অথৌবা অমুক পীখি। অহুমওইনমক, শেলথুম মরায় চায়থরকপসিগী মনাংদা পান্দমসি নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলবা শিমকমগী খবক শুকম থরদদি ফংমগ্রবনি। নোংমগী খবক শুবগী পুং মশিং তাথনা শুগদবনি হায়বা পান্দমসি ইউ, এস, এদা মশক মায়না থো-রকপদ। নত্তনা, মরায় হায়গৎলক্লিবা শেক্লাও পায়বা মিতিগী মথাদা শিন্মীশিংবু ওৎপীরিবা মকম খুদিংমক্তা ইহৌ অসি লৈরকখি হয়রবসি লাপথ্রবা অস্ট্রেলিয়া লৈবাক্তা য়ুমশাবগী

শিনৰুমদা থবক তৌরিবা শিন্মীশিংনা "নোংমদা পুং ৮ থবক শুবা, পুং ৮ কোয়বা-লংবা অমসুং পুং ৮ অমা পোথাবা" হায়বা পান্দমসি ইং কুমজা ১৮৫৬ তা মায়পাক্লা কংখিবা অসিনা প্রমাণ ওইখি।

## পুং নিপালগী ঊইহৌসি আমেরিকাদগী হৌরকখি

মে তেগী চপচানা হাকথেংননা পোকখিবগী লাহৌ য়ারৌদি ইং কুমশিং ১৮৮৪ দা ইউ, এস, এদা পুং ৮ তমক থবক শুগ-দবনি হায়বা পান্দমসি তানলকপদগী পোক্লকপনি। অহুম-ওইনমক, মীয়োল অমগী মমাংদা, নেসনেল লেবর ওর্গেনাইজে-সন, হায়বা লৈবাক অহুগী ওইবা অপুনবা লুপ অমা লেমগৎখি, হায়রিবা অপুনবা লুপ অসিনা আমেরিকাগী শিন্মী কাংলুপকী ইচং থৌরবা অপুনবা মযোল অমা ওইরক্লবা য়ারেপ্নখি, মহুগা লোয়ননা নোংমদা মতম তেম্না থবক শুননবা অমসুং অপুনবা লুপ অসিমকী ওইবা পাকচাউরবা ইহৌ অমা ওইরক্লবা য়াকমন্থু পায়খৎখি। ইং কুমজা ১৮৬১-১৮৬২ দা লোক্লখিবা আমেরিকাগী সিভিল য়ারগী মমাংমক্তদা লৈরবা, মরুওইনা মোলডরস (পোৎচৈ হৈবগী) ইউনিয়ন অমদি মেচীনিষ্টশিং অহুগা য়োৎ শুবগী অপুনবা লুপশিংমচিংবনুদি লাক্লাওসিনা হৌরকপা মতমদা লোয়না শিথরে। অহুমওইনমক, মতুংদা চথরকখিবা চহি থর-

দদি, লম লমগী ওইবা শিন্মীশিংগী লুপ করামরুম্না লৈবাক অহুগী ওইবা অপুনবা লুপ অমা শেমগৎনবা হোৎনরকখি, হায়রিবা ইউনিয়নশিং অসিনা লৈবাক্লুগী ওইবা ফেডরেসন অমা শেম্লিংবগী ঈহলচু মরেক লানা উমরখি। ইং কুমজা ১৮৬৬ কী আগষ্ট ২০ দা শিন্মীশিংগী মীহুৎ ক্নোয় অহুম (৬০) না বালটিমোর সহরদা তিনহুনা নেসনেল ইউনিয়ন অফ লেবর শেমখি। অমুক মৌহৌনা শেমগৎলবা মোলডরস (পোংচৈ চৈবা) ইউনিয়নগী লুচিংবা, উইলিয়ম এইচ, সীলভীস, মহা অমা ওইরবমু মতম অহুরাইগী চংশিংহুদদি মশক নাইরবা মীশক অমা ওইবনা লৈবাক অহুগী অপুনবা লুপকী মকোক ওইরম্মী। সীলভীসনা লণ্ডন্দা লৈবা অহানবা ইন্টর্নেসনেলগী লুচিংবশিংগা মরী লৈনরম্মী অমসুং নেসনেল লেবর ইউনিয়ন্দা ইন্টর্নেসনেলগা মরী লৈমনবা পুক্নিং চিংশিনবনা মতেং পাংখি।

ইং কুমজা ১৮৬৬ তা নেসনেল লেবর ইউনিয়ন লিংখৎপগী মীকময়দা মথাগী রারেপশিংসি লেপ্লখি:—

"হৌজিক্তা থাইদগী অহানবা অহুগা তঙাইফদবদি, লৈবাক-সিগী শিন্মীশিংমা শেঙাও পায়বগী মীনায়দগী নীংথা তমগে হায়না হোৎনবা তারবদি, আমেরিকাগী ষ্টেট খুদিংমক্তা নোংমদা থবক শুনবগী মতম অসি পুং ৮ তমক ওইহনগদবনি হায়বা অসিগীদমক আইন অমা শেমদোকপা অসিনি। অসিগুম্ববা মওুণ লৈরবা পান্দমসি কংত্রিবা কাওবা ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈরিবা পাঙ্গল পুম্নমকসি শিজিন্নবা রারেপ্নরে।"

মীকমন্থমক্তদা মোংমদা পুং ৮ থবক শুপদবনি হায়বা অসিগীদমক্তা আইন শেম্নবা নৈঙাকলোনগী নিংখাউম্ন থবক পায়থংনবা মোং গী মখি অমসুং "কল কারখানাগী মীহুৎ ওইগদবা অমদি মসিগীদমক্তা অশেংবা মীহুৎ ওইগদবা অচুগা থবক অসিগীদমক্তা লেংদনা হোৎনগনি হায়না য়াশল্লবা মীওইশিং অচুভমক মীয়েপ মীখলদা থাগৎকদবনি," হায়বা য়ারেপন্থ লেপ্পখি। মেসাচেল লেংর ইউনিয়ন্না ইয়াং কন্না হোৎবগী পুং ৮ গী লীগ কয়ামরুম লিংখৎখি; লুপ অসিনা চাউখৎলক্তুনা মাগী নৈঙাকলোনগী মপাঙ্গলশিংচুগী মতেংনা অয়াম্বা স্টেটশিংদা পুং ৮ থবক শুনবগী য়াকমসি নৈবাক অচুগী থবক শুকম কয়াদা শুগদবনি হায়না লৌনখি অমসুং মতৈদা ইং কুমজা ১৮৬৮ দা মসিগা মান্নবা চৎনবী আইন অমা ইউ, এস, কী পার্লিয়ামেন্ট ( কংগ্রেস ) না শেমখি। নোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বা ইহৌসিগী লুচৌংবদি যে ষ্টোনগী মেচিন্নিষ্ট, ঈরা ষ্টেব্রার্ডমি।

মৌরিস্তে মত্তগদা শিন্মীগী ইহৌদা শিজিন্নরম্বা থৌরম পরেং অমদি থবক্কী পোত্থিশিংচু, মতম পুম্বদা, থায়নগী ওইবা অমদি মতম পুম্নমক্কী কামগদবা ইয়াওখোম য়াওক্সবন্থু, পুম্নমক্কী মথক্তা ইহৌ অচু অশেংবা খুৎতেংলব, কাংবুগী মপাদল কন্নবা ইহুলদা য়েংহুনা শেম্বনি, অচুগা মচু য়ীকোর্শীষ্টকী ( শেমদোক্তুনা চৎপা পাম্বা ) লুচৌংবশিং অমসুং শেঙ্গাও পায়বা কাংলুপকী নৈঙাকলোম পাম্বশিংনা কায়নথংদা শিন্মীশিংগী লুপ- মনুংদা চংশিল্লক্তুনা

মখোঙ্গবু অয়ানবা খোংলমদা লায়া লমজাউবীরমজ্রবদি লৈবাক অসিদা ইচং খৌরবা শিল্পীগী ইহৌ অমঃ শাগৎপগী অহোবা খোংহৌ ওইরগদবনি। মতৌ অমুম থৌহুমা, মীয়োল মরিগী ভুংদা, আমেরিকাগী শিল্পীগী অপুনবা মরূপ, দি এন, এল, ইউ, গা "লেঙ্গাও প্যায়বগী মীনায়গী" মায়োক্তা অমম্বুং লৈ-শাকলোমগী মনিংমথা তয়া মখোয়গী থবক চথনবা মশামক্তা কোংদোরকথি।

সীলঙ্গীসনা লগুপ্প লৈবা ইন্টর্নেসনেলগা (কমিউনিষ্টকী অপুনবা মরূপ) মরীহু তত্তনা থম্বরম্মী। লুপ অসিগী প্রেসি-দেন্ট অমা ওইংগী মতৌক মরায়গী মপায়া, মেসনেল লেবর ইউনিয়নগী ইং কুমজা ১৮৬৭ তা কমথিবা মীকথহুনা মালেম-সিগী থবকতবা কাংলুপকী ইহোগা পুম্না চৎমিননবগী মোট শীনথি অমসুং ইন্টর্নেসনেলগী বাসল কংগ্রেসতা মীহুৎ অমা য়াওরল জেনেরেল কাউন্সিলনা পীরকপা বার্ত্তন অহুবু তয়ায়া ওকুমা মহুদা মীহুৎ অমা থারুনবগী রায়েপন্দু ইং কুমজা ১৮৬৯ দা লেপ্পথি। লায়বক থৌবদগী, এন, এল, ইউ, গী নীকমহুগী মমাংদা সীলঙ্গীসতি নোঙ্গাথ্রে, অহুনা এ, সি, কামেয়োন কৌবা "য়ার্কীংমেনস এডভোকেট" কৌবা চীকাগোদা ফোংবা পাউ-চেহুগী সম্পাদক অহু মাগী মহুত্তা থাথি। জেনেরেল কাউন্সিলগী থোইদোকপা য়ারেপ অমনা আমেয়ীকাগী অসিগুবা ভুংদা ফগৎলক্কদবা লুচীংবা মহা অসি লৈথিদবগীদমক্তা তেংথা নাওই-হুনা অয়াবা কোংদোক্রথি। "আমেয়ীকাগী শিল্পী কাংলুপকী

লানক্লোক চীংবা অমা ওইনা, মশাগী অচৌবা মথৌঙ্গী মৎক্তা-চহি তরাগী থরকী লৌশিং লৈরবা সীলভীসতা মীয়ামগী মীৎ-য়েং পুন্নমক য়েংনরকখি—তোইত্তবসুং সীলভীসতি লৈখিত্রে। সীলভীস লৈখিদবা অসিনা ইউনিয়ন অসি মরাম চারথরক্লবগী মরম অমা থুনা ওইরকখি অমসুং নেসনেল লেবর ইউনিয়ন অসি মশক কাওবা উমিল্লকখিত্রে।

## পুং ৮গী ইহৌদা মায়

নেসনেল লেবর 'ইউনিয়ননা ইং কুমজা ১৮৬৬ কী আগষ্ট থাদা লোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বগী য়া লেপ্পখি। চহিসিমক্কী সেপ্তেম্বর থাদা জেনেভাদা কমখিবা অহানবা ইণ্টর্নে-সনেলগী মীফমদা পান্দম অদুমক মখাগী অসুম্না তামলম্মী—

"অকক্লবা পুংশিং অমদা থবক শুহমবগী য়াকম অসিবু আইনা য়াম্না অকক্লবা মতম পীবা অসিনা মাংজিন থাবা য়াকম ওইত্রবদি শিন্না কাংলুপকী চাওখৎনবা হোৎনরিবা পুম্নসি অমসুং মপুংফায়বা নিং-তম্নবা লাক্লরিবসি অরেম্বদা মাঙগ্রপনি………
………………কংগ্রেস ( মীফম অচৌবা ) অসিনা মোংমদা থবক শুবগী মতম, অসি পুং ৮ তমক ওইগদবনি হায়বসি আইনা লেপ-থোক্কদবনি হায়না য়ায়েপ্লয়ে।"

ইং কুমজা ১৮৬৭ তা কোংখিবা কেপীটেলগী অহানবা চেক্কোংগী "দি রাকিং দে" হায়বদুদা নেসমেল লেবর ইউনিয়ন্না নোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুমবগী ইহৌ শাগৎখিবদু মার্ক্সনা পুক্রিং চিংশিন্নবা কৌরি। য়ামোলচ্চনা খোইদোঙ্গা মসিংঙ্গ চং-খিবগী মরমদি মচুদা অমুবা নেগ্রোশিং অমদি অঙৌবা শিন্মী-শিং অনিগী মরক্তা কাংলুপ অমত্তগী ওইকনবা চেৎশিন্নরকপচু পামখিবমনি, মাসা অসুম্না ইরম্মী :

"গণরাজ্য যুক্তরাজ্য আমেরিকাগী শরুক মচেৎ থরদদি মীমায় ওইবগী লৌচৎনা মশক থীহনলিবমিনা মিংতম্না শুক্ত-নোমজগ্নিবশিংগী করিগুম্বা ইহৌ অমা কাওবা পঙথহনবা ওন্নমী। অমুবা ঊন্না ফুম্না শিন্মীশিংবু অচুক্পী মতৌক নৈহৎলিবমথৈ অঙৌবা ঊমশা পামবা শিন্মীশিংগী মমিংতম্বা কাবা ঙমদে। তৌইগুবদুং মীমায়গী শক্তম অসি শিথপ্রগা অমৌবা থৌনা ফরবা পুনি অমগী ময়োল চোংখৎলক্কনি। প্রজা মীয়ামগী লাঙ্গাও (আমেরীকাগী খা-রাং প্রজাগী লাম) অচুম্বা অহানবা কামবা মহৈদি নোংমদা পুং ৮ তাক থবক শুগদবনি হায়বা ইরাং অসিনি— মসিনা অরেপ্পা লৈতনা আটলাণ্টিকতগীনা প্রসান্ত কাওবা ; নিউ ইংলেণ্ডগীদা কালিফোর্নিয়া ফাওবদা য়াংনা চেনখিবা অসিনি।" মতম অমত্তদা, ভশেংবদি চয়োল অনিগী মতুংদা বালটিমোরদা কমখিবা মীতিন অমদা নোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুগদবনি হায়না মোট পীনরকখি, অমসুং সুইটজরলেণ্ডগী জেনেভাদা কমখিবা ইণ্টর্নেসনেলগী অচৌবা মীফম অহুদনু

মসিগ। মায়বা ৱারেপ অমা লৌথিবহুৱু মার্সনা পুক্লিং চিংশিন্নবা কৌরি। "মতৌ অম্ময়া আটলান্টিকী মাকল অনিমক্তা থবক শুবা কাংলুপকী ইহৌ অসি, কানথানাগী পোথোক্তী কীভমশিং ভত্তমা হেক্‌ংলকপগা ইরে'য়ননা." নোংমগী থবক শুবগী পুংশিং অকক্কবা মতম অমা লেপ্পনবা অগম্বুং নোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বা দাবীশিং চপচামা ফংননবা ৱারেপ লৌথি।

জেনেভাগী অচৌবা মীকমগী ৱারেপকা ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী ৱারেপুগা মন্নী থম্নে হায়বসি ৱারেপুগী মথাদা য়াওরিবা শরুক অসিদগী থঙবা ঙমগনি, "অয়াং অ'মেরীকাগী ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী শিন্নীশিংনা লেপ্পথিবা, মপুং ওইনা, মতম অকক্কবা অমদা থবক শুনবগী য়াকম অসি ৱারেপ অহুদা য়াওবা মরম্না, অচৌবা মীকম অসিনা পান্দম অসিবু মালেম পুম্বগী শিন্নী কাংলুপ পুন্নবক্তী মরুওইবা পান্দমগী যুক্কমনি হায়না ওহ্নোকলে।

মসিগা মান্নবা আমেরীকাগী শিন্নী কাংবুগী ইহৌ অমগী মতীক ময়ায়না ইন্টর্নেসনেলগী অচৌবা মীকমহুদা মমি তাথি অমম্বুং মরম অহুমক্কীদমক্তা মহুদগী হেন্না চাউবা পাঙ্গল অমমুক চহি ২৩গী মতুংদা ফুদোয়কথি।

## মে ডেদি ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা পোকখিবনি

অহানবা ইন্টর্নেসনেলদি মাগী নৈকম ময়োল লগুন্দগী ইং কুমজা ১৮৭২ দা নিউ য়োর্কতা হোংলকপদগী হৌনা মুৎপ্রবনিঃ

অদুগী ওইনমক মসিবু সরকারগী অশেংবা অথিংবা_গী থিবদুদি ইং কুমজা ১৮৭৬ তনি।

অমুক মোনা শেমগংলবা ইন্টর্নেসনেল, কোমদি অনিশুবা ইন্টর্নেসনেল হায়না থগুমরবা অদুগী, ইং কুমজা ১৮৯৯ দা পেরীসতা কণথিবা মীকপ অদুদা, মাগী মাগী লৈবাকলোমগী দলশিং অমদি শিন্মী মরুপশিংগী মথাদা শেমগংলবা অপুনবা মরুপশিং অদুনা মালেম পুম্বগী শিন্মীশিংগী ওইবা মরুওইবা দাবী : মোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুগদবনি হায়বসিগীদমক মেগী অহানবা হুনিংপু লাখোংমনবা হুনিং ওইনা লৌনবা রায়েপথি। পেরিসকী রায়েপুসি কানাডা অমদি ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী ফেডেরেশন ওফ ওর্গেনাইজদ ট্রেড অমসুং লেবর ইউনিয়নশিংনা, কায়নখংবা অশবা মিংদা আমেরীকাগী ফেডেরেসন ওফ লেবর হায়না থগুমরকপা মৌরিবা আমেরীকাগী শিন্মীগী অপুনবা মরুপ অমনা চীকাগোদা চহি মতাগী মমাংদা তাখিবা রায়েপুগী মতীক মতামনি। অপুনবা মরুপসিগী মরিশুবা মীকপ ১৮৮৪ গী ওক্টোবরদা কপথিবদুদা, মথাগী রায়েপসি তানথি :

"ইউনাইটেদ ষ্টেটস অমদি আমেরীকাগী ফেডেরেসন ওফ ওর্গেনাইজদ ট্রেডস অমদি লেবর ইউনিয়নশিংনা, মোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বসি ১৮৮৬ কী, মেগী অহানবদা ওইগদবনি অদুগা ঐখোইনা, লেবরগী ইউনিয়নশিংনা, মানা মানা কোজিবা লমদৈথেশিংদা হুনিংসিবু অকক্লবা ওইনা মাগী মাগী চৎনবী পথাপকা চানবা শেমগদবনি হায়না লেপ্লে।"

য়ারেপ অসিদা নোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুগদবনি হায়বা পান্দমদি করবা মওংদা কংগদগে হায়বগী থৌওংচু ভাল্লমজরবসু, মতম অদুদা মেবর ৫0,000 দগী পংহেন হেন্দনা নৈবা মরুপ অসিনা; মাগী মেম্বরশিংদা থবক শুরিবা মফমশিং দুকান, কারখানা অমদি থমিশিংদা থবক শুরিবা শিন্নীশিংবু মশিং য়াম্না হেন্না চিংশিন্নিবা মথৈদি অমস্তুং অকনবা লাম্হেং নত্তনদি "নোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুগদবনি" হায়বা পান্দম অদি আইনা য়ারবা দুনিংশিং ওইহনবা ওইথোক্তে হায়বসি মুম্না ভাকথি। য়ারেপসিগী মরোলদা ফেডেরেসনসিদা য়াও-রবা ইউনিয়নশিংনা "মখোইগী চৎম-পথাপশিং অদু য়ারেপশিংগা চাননবা শেমদোক্লবদি," হায় কুমজা ১৮৮৬ কী মেগী অহানবদা ভোগদোক্লিবা নোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বা পান্দমগী থবক লেপ্পা অন্দোলন অসিদা য়াওগদবা মেম্বরশিং অহুগী অমাওমন পীপনি হায়বগী মতাংদা, ইউনিয়নশিংদগী শিন্নীশিংগী অমাওমন অদু ফংজরিবা কাওবা অমেমদা মতম শাংদোকহন্দুনা নৈথোকথিবা য়াই হায়বনু পল্লম্মী। অসিগুম্বা থবক লেপ্পা অন্দোলন অসি নৈবাক শিনবা থুংনা ভোগদবনা অমস্তুং মীং চনশিন্নরবা অপুনবা মরুপ কয়া, ইউনিয়নশিং পুম্বা থবক অসিদা শেলগী চাদিংগী য়াকম য়াওবা মতম্না মখোই মখোইগী চৎম-পথাপকী মচুংইনা মখোইগী মেম্বরশিংগী অয়াবা মোট লৌবা ভায়স্মী। মসিমনু থওজিনবা মথৌ ভাই মহুদি হৌজিক্তা নৈয়িবা আমেরীকান ফেডেরেসন ওফ লেবর অসি মানা য়ানা

পাম্বগী মতুংইন্না শেমগৎপনি, কেন্ডেরেসনগী চংনবীগা চপচানা লিংখৎপনি, অহুগা রারেপশিংসি ইউনিয়নশিংগী লেপ্পা তান্ন-বদি মসিদা রাওররিব: ইউনিয়ন পুন্নমকী মীকম অমা কম্বগী মথৌ তারকনি।

## মে তেগী থবক লেপ্পা অন্দলোনগী শেমশাবা

ইং কুমজা ১৮৭৭ কী অচৌবা থবক লেপ্পা অন্দলোনগী লাহৌরদা রেললম্বীগী অমদি ইস্পাটকী থবক শুবশিংনা কোর-পোরেশনগী মারোক্তা ইচং থৌনা থেংনখি, মহুবু নমথনবা সীকাই পুশিন্নকপা অহুনা শিন্মীশিংগী পুক্লিংদা অন্নাবা মমি অমা তাহৌরে। মহু আমেরীকাগী থবক শুবা কাংলুপ্না লৈবাক্তু শিনথুংনা তৌবা য়াম্না পাক-চাউনা মীয়াম পায়থৎপা থবক্নি, মহুবু আমেরীকাগী রাজ্যশিং অমদি শেহাউগী মপান্না নমথখ্রবনু আমেরীকাগী থবক শুবশিংনা সমাজগী মথুংদা মখোইনা হিং-লিবা মহিংচু মশক মুম্না খঙজখি অমম্নুং লাম্হৌংসিদগী থম্না হেজৎনা ইচং থৌনা লৈরকপচু অহুগ রাখলগী থৌনা য়াংখৎ-লক-াচু হেনখি। মহু পেনসীলভানীয়াগী কয়লাগী মপুশিংনা থমিতানবা কাংবুগী অপুনবা মরুপ্প মাংহনবা হোৎনহুনা থনিদা থবক শুজবা ইচং থৌনবা তরাবু (মোলীমাগুইরেস) হায়না খঙনরবশিংবু ১৮৭৫ দা ফাঁসীগী কৈরাক্তা কাহন্সুনা হাৎখিবা অহুগী পাউখুম্নগী লরুক অমনি।

ইং কুমজা ১৮৮০-১৮৯০ গী চহিশিং অসি আমেরীকাগী কল-কারখানাগী চাউথংলকপগী মপান ফগংলকপা মতম্গী অমসুং লৈবাক মহুংগী কৈথেল পাকথোরকপা তাঙ্গানি, অদুগা ইং কুমশিং ১৮৭০গী অতংপা। লৈতনা উংছনা লৈখিবা অদুনা চাউথংলকপগী খোংচৎ অসি ১৮৮৪-১৮৮৫ দা অমুক শেলগী ফীতম অসি নমথরকপা থেংনখি। মোংমগী থবক ভুগদবা মতমসি ককথনবা হৌবা ইহৌসিদা। মতমদুদা লৈরম্বা থবক কংক্ষিবা মীওইশিংগী কাংলুপলোমদগী অমুকা হেন্না ইহৌসিদা কাম্বা পীশিল্লকখি। শেমগৎপদা ভায়রিবা, কেভেরেসম্ব', অমদি থরদি লীরবা অদুগা মতমদুমক্তদদি চাউথংলক্লিবা মাইটস ওক লেবরগী মপান্দা। লৈরিবা শিল্পী মীরাম মপৈবু মথোইগী মরক্তা ইউনিয়ন শাগৎপা রায়গানি হায়বসি উখি। কেভেরে-সন অসিমা মাইটস ওক লেবরদা। নোংমগী পুং ৮ তমক থবক ভুগদবনি হায়বা পান্দমসিগী মতেং পাংবীনবা হায়জখি, মরমদি শেমগৎলবা শিল্পীগী মরুপ কম্বামরুম্বা পুন্না অমত্তা ওইনা থবক পায়খৎলবতদা, কাম্বা পুরকপা ঙমগনি হায়বসি খঙলম্মী। ইং কুমজা ১৮৮৫গী ফেদেরেসনগী মীফমদা, তুংদা লাকইবা অহানবা মেদা খোং শান্দোকপা হায়বা য়ারেপসি অমুক হন্না লেপখি অমসুং লাম্হৈংসিগীদমক্তা মথন মথা অয়াম্বা জাতিগী ওইবা ইউনিয়নশিংনা শেম-শাবা হৌখি, মথোইদুগী মরক্তা মশক নাইনা উশুবগী অমদি বিড়ি শাবগী শিল্পীশিংনু য়াওখিবদু শিংথাবা য়াই। নোংমদা পুং ৮ তমক থবক ভুগদবনি হায়বা

ইহৌসিংগী ইহান হান্না তৌগদবা থবক অহুগী খুদকী ওইবা কান্নবা মতৈহেদি অয়াবা ইউমিয়মশিংদা লৈরিবা মেম্বরগী মশিং অহু য়ান্না হেনগৎথিবা অহুনি। নাইটস ওফ লেবরদি মশিং থংহেন হেজংখি, মাগী মেম্বর মশিংসি ইং কুমজা ১৮৮৬ তা অয়োবা মতোল লোমখি কেপেরেসনশিংগী হেন্না ময়ান্না শক-থংনবা নাইটস ওফ লেবর হায়বসি ময়ামমু মসি অকনবা লাম্বেংনরিবা শিন্নীশিং লুপনি হায়না খঙনখিবা অসিগী মশিং অসি ২০০,০০০ দগী ৭০০,০০০ ফাদিংচিং অসি মঙমতুদা য়োখি। কেপেরেসন অসি, মোংমদা পুং ৮ গী মতম অকরবা ওইনবা লেপথিবা অসিনা অহানবা ইহো হৌদোকপা মতমদা মাগী মশিং য়ামথংলকখি, অদুগা লোয়ননা শিন্নীশিংগী ময়ক্তা মাগী মীংচৎ য়ান্না হেজংলকখি। থবক লেপ্পা অন্দোলন তৌনবগী মতম্না অনুন নকশিন্নকপগা লোয়ননা নাইটস ওফ লেবরদি লুচিংবা মীশক নাইনা পন্নবদা চৈয়েন্দ পাউতয়লীনা থবক লেপ্পা অন্দোলন অদুবু অপনবা পীবা হৌরকখি অমসুং মানা য়াউরিবা ইউনিয়ন অদুদা অন্দোলন অদু য়াওদনবা অয়োনবা পাউতাক পীরবসু খঙনয়রকখি, অদুবু কেপেরেসনবুদি মীয়ামঃ য়াবদুম হেজংলকখি। লুপ অদুদা য়াওরিবা মীওইশিংমদি থয়ায় য়াওনা লাম্বেং অহুগীদমক্তা শেনশাবক্নী। মথল মথ অয়াবা মহমশিংদা মোংমদা পুং ৮ গুনবগী লীগ লোয়ননা অপুনবা মরুপ করা-মরুম চোংথোক্নরকখি অমসুং শিন্নীশিংগী ময়ক্তা ইচং থৌবগী য়াথল অমা হেজংলকখি, মতুমা নিংথিনা শেম শাগত্রিবা শিন্নী

মীয়ামগী মথুংদা কাম্বা কয়ামরুম পীখি। আমেরিকাগী থবক ওবা কাংলুপকী অমৌবা শুমৎ অমা শাকাপ্পকখি।

শিন্মীশিংগী য়াথলদু মশক থঙগে হায়রবদি মথোইগী লড়াই থেংনবগী অয়োৌবী থাকতু অমসুং মথোইমা কোমশিন্নিবা লমথৈহুদা মুন্না নৈমবা তাবনি। শিন্মীশিংগী লাম্হেংগী মশক অহু নিংথিজনা উৎনবা উপায়দি অকরুবা মতম অমগী মথুংদা তৌরিবা থবক লেপ্পা অন্দোলোনগী মশিং অহুনি। ইং কুমজা ১৮৮৫ অমসুং ১৮৮৬ তা তৌখিবা থবক লেপ্পগুগা মাংগী চহিদা তৌখিবা অহুগ: চাংদমরুরবদি শিন্মীগী ইহৌসিদা করাগী মতৌক ইচং খৌগৎলকপলে হায়বহু থঙবা ঙমগনি। ১৮৮৬ কী মেগী অহানবগী থবক্তুগীদমক্তা শিন্মীশিংনা শেম শাগৎপতা নত্তুম', তৌইগুবসুং থবক লেপ্পগী মশিং অসি ১৮৮৫ দা অয়াবমথৈ হেজৎলবনি। ইং কুমজা ১৮৮১-১৮৮৪ গী চহিশিংদা থবক লেপ্পা অন্দোলোন তৌবা অমসুং কল করখানা থোং থিংজিনবসি চাংচত্তা ৫০০ দগী থরা তাথরম্মী, অমসুং চাংচত্তা চহিদা থবক ওবা মী ১৫০,০০০ য়োম শাওরকখি। ইং কুমজা ১৮৮৫ দদি থবক লেপ্পা অন্দোলোন অমদি ক'রখানা থোং থিংজিনবসিগী মশিং ৭০০ লোম হেঙ্গৎলকখি অমসুং মহুদা শাওরকপা শিন্মী মশিং ২৫০,০০০ য়োৌরকখি। ইং কুমজা ১৮৮৬ তা অন্দোলোন অসি ১৮৮৫ দগী শরুক অনি ফাওবা হেঙ্গৎলকখি, মাগী মশিং ১,৫৭২ য়োৌরকখি, মসিগী চাননা নাম্বৎ মাওলবা শিন্মী হৌজিক ৬০০,০০০ য়োৌরকখি। ইং কুমশিং ১৮৮৬ তদি অন্দোলোন অসি

কয়াগী মতীক।পাক চাউনা শন্দোরকপগে হায়ববু ইং কুমজা ১৮৮৫ দা অন্দলোন অসিনা থবক শুফমগী মফম ২,৪৬৭ তমক ওইরম্বদগী মথংগী চহিদা ১১,৫৬২ য়োম্রকখিবসিনা মসিগী তশেংবছু মশক থঙবা ওমপানি। নাইটস ওফ লেবরগী লুচীংবশিংনা ফোং না অপনবা পীছুমমু নোংমদা পুং ৮ থবক শুমবগী দাবী-সিগীদমক্তা য়াওরকপা শিন্মীগী মশিংসি ৫০০,০০০ গী মথক্তনি হায়না হীসাব পীথ।

থবক লেপ্পা অন্দলোনগী হোকমদি চীকাগোনি ময়মদি মফমসিদা অন্দলোন অসি পাক চাউনা শন্দোক্লম্মী, তোই-শুবম্মুং মেগী অহানবগী লাঞ্জং অসিদা অতোপ্পা সহর কয়ামরুমমু য়াউশিল্লকখি। নিউ য়োর্ক, বালটিমোর, য়াশিংটন, মীলয়ার্ডকী, সীসীনাটি, সৈণ্ট লুই, পীটসবর্গ, ডেট্রোইট অমমুং অয়াম্বা সহরশিংদা মীয়াম্না পুন্না পুম্না সহরগী লম্বীদা থোরক্লুনা চৎ-লকপা অছুমা নিংথিনা মশক উৎখি। অন্দলোনগী ইহৌছুদা য়াম্না নিংথিজরবা শকফম অমদি শিনকমদা থোয়না হৈত্রিবা অছুগা নিংথিনা সংগঠন্দা নিয়ম্না পুন্দুনা শেমগৎত্রিবা শিন্মী-শিংনা লাম্ফেংছুদা চংশিল্লকপা অছুগা ইয়োইমনা মীপুংশি কোং-দোকলা থবক লেপ্পা অন্দলোন কয়ামরুম তোয়কপা অছুনি। লৈবাক অছুদা মীয়ামগী লালহো অমা হৌনিংবগী য়াথল পাকথোক চাউথোরকখি, বুর্জ্জুয়া (শেঞ্জাও পায়বা) ইতিহাস-কারশিংনা অন্দলোনশিংগী মচুংশিদা "থুন্নাই অমগী লাঞ্জাও" অমদি "শেঞ্জাও পায়ববু তুবচরকপা" য়াথল অমা কোংদোরকখি

অমসুং ইহৌদুদা য়াওখিবা শামায়বা লেংমায়বা শিন্মী-শিংমা থবক্তা হৈনিংবা উৎখিবদু পল্লদুনা ঙাংখি। মেগী অহানবদা থবক লেপ্পা অন্দলোন য়াওখিবা শিন্মীশিংদুগী তংখাই অমদি মায়পাকপা ঙমখি অমসুং মখোইনা নোংমগী পুং ৮ থবক শুনবগী দাবী শিং কংদবা মকমশিংদুদসু, মখোইনা নোংমগী পুংশিংদি য়ারিমমথৈ তাথহনবদা মায় পাকখি।

## চীকাগোগী থবক লেপ্পা অন্দলোন অমসুং হে মার্কেট

মতম অদুদা ইচং থৌরবা বামপন্থি শিন্মীশিংগী ইহৌ হৌ-ফমগী ময়োল ওইরবা চীকাগোদনা। য়ায়া হেন্না অন্দলোন অসিগী লাম্লেং অসি তকশিনবা হেনখি। শিন্মীগী ইহৌগীদমক্তা হীরম কয়াদা নৈঙাকলোনগী ওইবা য়াকমদা মতৌকচাবা য়াংলে হায়বসি ময়েক শেংলবসু, শিন্মীশিংবু মতম চুপ্পদা থবক্তা চংশিন্দুনা লৈনমবা শেমশানবা, মখোইগী থবক শুবগী ফীভমশিং অমসুং হিংবগী থাক অদুগী অথুবা পন্থদু কংনবা লাম্লেংদুগী থেংনমবা য়াথল থৌনাদু চাউখৎমবা, মদু মতম পুন্নমক্তা লাম্লেংনবগী ইহৌ অমা ওইবা মরম্না তত্তনা থবক্তা পায়খৎনবা কৌখি।

ইচং থৌরবা শিন্মী কাংলুপকী মতেংনা চীকাগোদা কৌ-খিবা অন্দলোন অদু খাইদগী চাউবা শক্তম লৌরকখি। অন্দলোন

অছুগীদমক শেমগৎ শাগৎপা ওইনা মতম কুইনগী মমাংদগী হৌনা নোংমদা পুং ৮ থবক শুবগী অপুনবা মরুপ কয়ামরুম লিংখৎলম্মী। থামপাম্থিগী লেবর ইউনিয়নশিংনা শেল্লবা ফেডেরেসন্দ; য়াও-শিল্লরুবা ইউনিয়নশিং, নাইটস ওফ লেবর অমসুং আমেরীকাগী থবক শুবা কাংলুপকী নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলবা মায়বা থুনাইগী নৈভাকলোদগী ইহান হ:নবা দল সোসিয়েলিষ্ট লেবর পার্টিস্তু য়াওরবা মাংজীন থংলবা সেন্ট্রেল লেবর ইউনিয়ননা নোংমদা পুং ৮ থবক শুনবগীদমক শেম্বা অপুনবা মরুপশিং অহুদা মপুংফাব মতেং পীথি। মেগী অহানবা হুমিৎকী মমাং নোংমাইজীং হুমিত্তা সেন্ট্রেল লেবর ইউনিয়ন্না মীয়ামগী পুন্না চৎপা খোংচৎ (সভা যত্রা) অমগী ইরাং শাগৎখি মহুদা শিন্মী ২৫,000 না খোরক্কুনা য়াওখি।

মেগী অহানবদা, সহরছুগী নিংথিনা শেম শায়বা শিন্মীগী ইহৌ অহুমা কৌরকপা মতমদা মখোই মখোইগী থবক্তী থুং-লাইশিং হুন্দোক্লমহুনা, শিন্মীশিং য়ায়া হেন্না চীকাগোদা হাদো-রকপহু উবা ফংখি। মতু শিন্মীগী ইহৌসিমা মতমহু কাওবদা থেংনয়রকপা কাংলুপ মান্নবা মশেলগী খাইদগী কান্নবা মহৈ নৈরবা চেৎশিন্নবা উৎপা মীয়ামগী খোংচৎনি। মোংমদা পুং ৮ গী—মতম অহুদা তামথিবা দাবীছুগী মরুওইবদি অন্দলোন অছুগী শক্তম অমসুং মছুগী পাকথোয়রকপা মওং অহুনা ইহৌ অছুগী কান্নবা রাজনীতিগী অর্থ পীথিবছুনি। মসিগী কান্নব-ছুদি মথংগী ছুদিং থরনিদা চাউথৎলকথিবছুনা হেমা মসুংত

হৌজিনখি। ইং ১৮৮৬ কী মেগী অহানবদা পুং ৮ গী ইহৌ হৌ-খিবা অসিমক্তা আমেরীকাগী থবক শুবা কাংলুপকী লাম্বুংগী য়ায়ী লীথুন্দা মগুণ লৈরবা মতাং অমা ওইরে।

থবক শুবা কাংলুপকী য়েক্লবশিংনদি ভম্মুনা লেপ্পা লৈ-থোক্লমদে। চীকাগোগী শিন্মী কাংলুপনা পুম্না থোংশাল্লকপা অহুবু সহয়হুগী সরকারগা অমসুং থবক শুকপগী থবকী মপুশিংগগী অপুনবা পাঙ্গলহুনা কাজিনখি, ইচং থোরবা লুচৌংবশিংবু মাং-হনবা চপয়ুংনা লেপখি, মহুগা লোয়নবা চীকাগোগী শিন্মীগী ইহৌভবু শিব কাওবগী চৈথেং অমা পীনবা লাক্লখি। হে মার্কেটকী থৌদোক হায়বা খওনখিবা মেগী তারিখ ৩ অমদি ৪ দা থোক-খিবা থৌদোকশিংহু মেগী অহানবদা ভৌখিবা অন্দলোন অহুদগী মখাতানা চথরকপা থৌদোকশিংনি। মেগী তাং ৪দা হে মার্কেটকী লম্লোং মরি কাংবদা মীয়ামগী পুম্না থোংশান্দোরকপা অহুদি মেগী তাং ৩ দা মেক কোর্মীক য়ীপর য়ার্কস হায়বা অহুদা থবক লেপ্পা অন্দলোন ভৌরিবা শিন্মীশিংগী মীভিন অমদা পুলিসনা আক্রমন খীনা ভৌবদগী শিন্মী তরুক্লা শিথিবা অমসুং অয়াম্বনা শোকখিবা অহুগী মারোক্তা প্রতিবাদ সভা অমা মেগী তাং ৪ দা ভৌনবা কৌবদা থোকখিবা থৌদোক্নি। মীভিন অহু ইংনা ভপ্পা ভৌখিবনি অমসুং মহু মতম অমুক য়ৈথোক্লবা খল্লরিভৈদা পুলিসনা অমুক হন্না ভিল্লিবা শিন্মীশিংহুগী মথক্তা লঞ্জং অমা চংশিল্লকপদগী থোকখিবনি। বোম অমা মীয়ামগী মরক্তা হুজি-ল্লকখি অমসুং মহুদা মার্জন অমা হাংখি। লাম্বুং অমা কন্না

শোক্লখি মতুদা পুলিসকী মীওই তরেং অহুপা শিন্মী মরি শিখি। হে মার্কেটকী লম্লোং মরি ফাংবদা ঈমা টক্লজখিবা, পার্সন্‌স, সপাইজ, ফীসচর অমস্তুং এঞ্জেলবু ফাঁসী তৌহনা হাংখিবা, অহুগ চীকাগোগী লুচীংবশিংবু কৈথৈশংদা কাক্তিন্দুনা থমজিন-খিবা অসিনা চীকাগোগী থবকী মপু ওইরিবশিংগী পাউথুম্নি। ইং কুমজা ১৮৮৬ কী অকোনবগী তংথায়দদি ১৮৮৫-১৮৮৬ তা থবক লেপ্পা অন্দলোন তৌবদা মাওখিবা ওইজবশিংহু হরিমবা কারখানাগী মপুশিংনা কয়া হোৎনখি।

চীকাগোগী শিন্মী লুচীংবশিংবু ফাঁসী তৌহনা হাংলবা মতুং চহি অমা লৈরগা, আমেরীকাগী ফেডেরেসন ওফ লেবর হায়না হৌজিক থওনয়ব ফেডেরেসন অসিনা, ইং কুমজা ১৮৮৮ দা সৈণ্ট লুইদা কয়া মীফমতুদা নোংমদা পুং ৮ থবক শুগদবনি হায়বা ইহৌসি নৌনা অমুক মপাঙ্গল হাপকৎকদবনি হায়না মোট পীনখি। মেগী অহানবা অসি, হান্নদগী চৎনবী মনাৎ অম। ওইরক্লবা, লৈতাকলোনগী কাংলুপকী ওইবা রাকমদা তারগা শিন্মীশিংগী য়াম্না কল্লবা ইহৌ অমা শাগৎনবগী পাঙ্গল পুনশিনক্লবা মতাং অমা ওইনা চহি অমি চুপ্পা শিজিন্নরক্লিবসি অমুক নৌহৌমা নোংমদা পুং ৮ থবক শুবগীদমক্তা থেংনগদৌরিব লাম্লোংহূগী মুমিৎ ওইমা অমুক লেপ্পখি। ১৮৯০ মেগী অহানবদি থয়া হেমা তেমশিনবা থবকী মুমিৎকীদমক্তা লৈবাক শিংহুংমা থবক লেপ্পা অন্দলোন তৌবা উখি। স্যামুয়েল গোম্পরসনা লুচীংবা, আমেরীকান ফেডেরেসন ওফ লেবরগী লুচীংবশিংনা

১৮৮৯ গী মীফমদা, থবক লেপ্পা অন্দলোনগী ইহোৌগীদমক ঙমথৈ মাইহনবা ঙমখি। অন্দলোন অহূগীদমক্তা নিংখিমা শেম শারবনি হায়না লৌয়বা ঊশুবগী ইউনিয়নশিংনা অহানবা ওইনা থবক্তুদা চংশিনবা তায়ম্মী, করিগুম্বা মহুনা মায় পাক্লগনা অতৈ ইউ-নিয়নশিংনা ভুং ইম্ববা লেপ্পুনা লৈখি।

## মে ডে মালেম পুম্বগী ওইরকখি

গোম্পয়সনা ইকবা মশাগী পুন্সি রারীদা মতৌ কয়ম্বা আমেরীকান ফেডেরেসন ওফ লেবরনা মে ডেবু মালেম পুম্বগী ওইবা লুমিং অমা ওইরক্নবা হোৎনবদা পীখিবা মতেংহ পল্লহনা ইখি "মোংমদা পুং ৮ থবক শুবগী ইহোগী থৌরাং পায়থৎলক-পদা ঐখোইমা ঐখোইগী অচৌবা থৌদোক অহূগীদমক্তা মতম চুম্লদা মমুং তানা থওহনা লাকখি। মালেম পুম্বগী ওইবা থবক শুবা কাংলুপকী মীফম অমা পেরীসতা ফমগদৌবা অহূনা অদুম নকশীল্লকপগা ইরোয়মনা, ঐখোয়গী ইহো অসিগীদমক্তা মীফমহূদগী মালেম পুম্বগী ওইবা নিংখিনা শন্দে ক্লবা মীমুংশি অমা ফোংদে রক্লগনি হায়থন্সি ঐগী পুক্নিংদা ফাওবি।" গোম্পয়স মাগী কাংলুপ তোৎশিন্নবগী লীচৎ চৎনিংবা অমদি শেমদোক শাদোক্লগা অহূগা খুদোংচাবা য়েংহূমা থবকী ওইনবা থিবগী শাজৎ অহূ হায়না ,উগ্রপন্থু মমৈদদি রাখলহূ মপুং ফানা

লাংকাইথি, মাসদি য়ুম্না কয়া লিংলজবা ইথিলচু, মায়বা থুমাই পাম্বা শিন্মীশিংগী ময়ুক্তগী ইচৌহুগী মতৌং লৌমবা থৌরাং তৌরম্মী।

ইং কুমজা ১৮৮৯গী জুলাই তাং ১৪দা বেষ্টিল চুথিবগী (ফ্রান্সকী ঐপ্লবগী হায়থৌখিবা লানবন) চহি চামগী নিংশিং কুমওম শুমিত্তা লৈবাকসিগী মায়বা থুমায়গীদমক্তা শেম শায়বা ইচৌসিগী লুচৌংবশিং পেরীসতা তীনখি, মথোইবু লমজৌংবীয়বা মীথোই মীহেৎবা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা চহি ২৫গী মমাংদা হায়া লিংখৎখিবগী মওংদা, মালেম পুম্বগী শিন্মীশিংগী অপূমবা লূপ অমা শেমগৎনবা রায়েপ্পখি। মফমদুদা তিনখিবা মীয়ায়া হায়বদি অনিশুবা ইন্টারনেসনেল হায়না খঙনবয়া মরুপতুগী লিংখৎপগী মীফমসিদা তিল্লরিবা মীহুৎশিংনা আমেরীকাগী মীহুৎতগী নোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুনমবা ইং কুমজা ১৮৮৪-১৮৮৬কী মমাংদা আমেরীকাদা থেংনখিবা অমসুং হন্তক্তা নোমা থেংনখিবা মপাঙ্গল কনখৎলবা ইচৌহুগী ময়মদা তাবা কংখি। আমেরীকাগী শিন্মীশিংগী মওং মতৌ অচুম্বা পুক্নিং থৌগৎলদুনা পেরীসকী মীফম অসিনা মথাগী রায়েপসি লেপ্পখি :

"অচৌবা মীফম অসিনা মালেম পূম্বগী ওইবা অচৌবা মীয়ামগী থোংজং অমগীদমক্তা শেমশানবা রায়েপ্পগে, মহাক্পি লৈবাক পুম্বদা অমদি সহর পুম্বদা লৈরিবা থবক শুরি-নোমজিবা শিন্মী মীয়ায়া লৈবাকী থৌপুরেমশিংদা অককপা নুমিৎ অমদা নোংমদা পুং ৮ থবক শুনবগী মাফম অসি আইনা মাহল্লবা

মুমিং ওইহল্লবগীদমক অদুগা পেরীসকী অইত্ত রারেপশিংদু পাংথোক্লবা অচৌবা মীয়ামগী পুন্না খোংশান্দোকপা মুমিং অমা লেপলে। ইং কুমজা ১৮৮৮ গী ডিসেম্বরদা, সৈন্ট লুইদা কপ্পা আমেরীকান ফেডেরেসন ওফ লেবরগী মীকম্না ইং কুমজা ১৮৯০ গী মেগী অহানবদা মসিগা মান্নবা মীয়ামগী খোংচৎ অমগী ময়মদা হায়না রারেপপ্পরবা মফম', মুমিং অসিমক্তদা মালেম পুম্বগী ওইবা মীয়ামগী খোংজেং অসিগীদমক্তা রারেপ্পখি। মথন মথা অরাম্বা নৈবাকশিংগী শিন্মীশিংনা মাগী মাগী নৈবাক্কী চায়বা মওংদু য়েংদুনা মীয়ামগী পুন্না চৎপসিগীদমক লেন শাগদবনি।"

ইং কুমজা ১৮৯০ গী মেগী অহানবা মুমিং অসিদা ইউ-রোপকী নৈবাক অয়াবদা মুমিংসিবু নিংশিংমখি, অদুগা ইউ, এসতনা মান্নবা থুমায় পাম্বা মেকওইমেগী লুচীং মথাদা উত্তবা অমদি য়ুমশাবগী ইউনিয়নশিংদা থবক শুবা কাংবুনা মোংমদা পুং ৮ থবক শুনবগীদমক মীয়ামগী ওইবা থবক লেপ্পা অন্দোলোন চংশিল্লকখি। মান্নবা থুম্নায় পাম্বা মীওইশিংগী মথক্তা খোইদোক হেন্দোকপা আইনমুগী মায়োক্তা জর্ম্মনগী থুৎহৈবশিংগী থবক শুকম লহন কয়া মরুমদা মে তেগী মিংশিং কুমওন পালন তৌখি। মসিগা মান্ননা ইউরোপকী কোন্নুং অয়াবদা নৈবাকী খৌপুরেনশিংনা মথোইগী মথক্তা থীচায় তৌনবা অমসুং মাং-জোলনা রামাং য়ান্দুনা থংহনথবসু মীয়াম পুম্না পুন্না চংখি। ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা, চীকাগো অমসুং নিউ য়োর্কী চংখিবা সভায ত্রাশিংদু মশক নাইবা অচৌবা থুদমশিংনি। নোংমদা

পুং ৮ ভগক থবক ভুগদবনি হায়বা দাবী অসিগীদমক শিন্নী লিশিং লিশিংমা লম্বীদা থোরক্কুনা পন্নেং পন্নেং লেংশি ; অমসুং মক্ল মক্লওইবা মকম করাদা অ'কোংবা অচৌবা সভাযত্র চংপন্থ লোইশিল্লকপা ওটনা মীতিন ত্তৌশি।

ইং কুমজা ১৮৯১,ক্রুসেলসতা ফংখিবা অচৌবা মীকমদা ইন্টর্নেসনেললা মেগী অহানবগী হীরমন্থগী হোয়কপগী ময়মন্থ অমুক হন্না নোংমদা পুং ৮ থবক ভুনবা পায়রকখি, ত্তৌইওবসুং মন্থগী মথক্তা থবক ভুরিবগী কল্রবা মওংশিংন্থ কপৎনবগী দাবী তামবা মীয়াম মপৈ পুন্না চৎপদা অমসুং মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা জাত্তী মশেলগী মরক্তা অমগা অমগা থৎম-চৈনদনা ইংনা-তপ্পা লৈননবা মত্তেং পীননবগী কান্নবসু ওইগনি হায়না লেপ্পখি। অমুক হন্না য়েংশিন্দুনা নৈনরবা য়ারেপ অন্থনা মপুংদা নোংমগী থবক ভুবগী দাবীগী "মেগী অহানবা মুমিৎকী কাংলুপকী ওইবা মশক" অন্থগী কান্নবন্থ অমসুং মন্থনা "কাংলুপকী লড়াই অসিবু মপুং য়োশিনহন্নবদা" কান্নবা চিংশিন্নকদবন্থ কন্না পান্নহনা হায়নখি। য়ারেপ অন্থনা মখা তামা "ওইথোকপা য়াবা মকম-শিংদা থবক লেপ্পা অন্দোলন তৌনবসু কন্না তক্লখি। মেগী অহানবদা ত্তৌগদোবা থবক লেপ্পা অন্দলনশিংন্থ চুয়গী তন্তায়-ফদবনি হায়না পল্লবসু, মীয়ম পুন্না চত্তুনা ত্তৌরিবা অন্থগী ময়মশিং অন্থদি হেন্না পাকথোকহনবা অমসুং মপুং কাহন্নবা ইন্টর্নেসনেললনা শিনবা হৌখি। ব্রিটিশকী লেবর পার্টিগী মী-ওইশিংনা মেগী অহানবগী থবক লেপ্পা অন্দোলন তসিগী চুমওগী

তঙ্গায়কদবা অত্তবুন্থ য়াদবা ঊৎতুনা মখোইগী মশাগী থুদোং চাবা লম্বী থিবা হৌথি, অদুগা জর্ম্মনগী সোসিয়েল ডিমোক্রেটশিংমা পুন্না অমত্তা ওইনা মথংগী লাক্লদৌরিবা মেশী অহানবগী মমাংগী খোংমাইক্তিদা সভ যাত্রা চৎননবগী হৈথে ক্ষবা য়ারেপ তাথি।

## ইণ্টর্নেসনেলগী মে ডেদা এঙ্গেলস

ইং কুমজা ১৮৯০ গী মেগী তাং ১ দা মামা ইয়ম্বা কমিউনিষ্ট মেনিফেষ্টোগী মরিগুবা জর্ম্মন লোনগী খুৎনমগী য়াহৌদোক্তা এঙ্গেলসনা মালেমসিগী থুৎহাংলবশিংগী (প্রোলিটেরিয়েট) ইতিহাসকী নৈনবা মত্তাংদা অহানবা ইণ্টর্নেসনেল মে ডেগী কান্নবত্ত পুক্লিং চিংশিন্নবা কৌথি :

"ঐনা য়াহৈ পরেংশিংসি ইননবা লাক্লরিঙৈদা ইউরোপ অমদি আমেরীকাদা লৈবা থুৎহাংলবশিংনা মাগী মাগী মপালজলশিংতু অমুকহন্ন কনথৎনবা তাশিন্নরক্লগনি; মসি ইহান হানবা ওইনা, আইন্না য়াত্নুনা চৎনয়বা, খোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুগদবনি হায়বা, অপুনবা লান্মা অমত্তা ওইনা, ফীরাল অমত্তুগী থাদা অমম্মুং থাইদগী অথুবা পান্দম অমগীদমক্তা শেম শাত্নুনা মীয়াম্নু মপুক্লিং ইরাং হৌহনলম্নগনি। ঐখোইমা হৌজিক উরিবা মীৎয়েংসিনা মালেমসিগী শেঞ্জাও পায়বা অমদি লোয়াম চাবশিংনা মালেমসিগী লৈবাক পুম্নমক্তা ভুসিদি থুৎহাংলবশিংসি

য়াম্না শেংনমক হায়রবদা, অমত্তা ওইনা পুনশিল্লে হায়বসি থংলে। ঐগা লোয়নননা গাক্ন্না মাগী মমিৎমক্তা মসিবু উজবা ফংনবা হিংজরম্লবদিকো !"

মসিগা মতম অমত্তদা তৌমিন্নবা মালেম অসিগী খুৎহাংলবা মীয়াম্না পুন্না চৎখিবা খোংচৎ অহুমা মালেম শিনবা থুংনা লৈখিবা শিন্মী কাংলুপকী অহোংবা পাম্বগী অমদি মখোইগী নিংজবগী উহলত্তুদা হেন্না হেন্না পুক্নিং ওলহল্লকখি, অমসুং চহি থুদিংগী সভাযাত্রা চৎলকপদা মীয়াম মপৈ মপৈ যাওশিল্লকপা উরকখি।

এঙ্গেলস মশামক য়াওবা ১৮৯৩ দা ইন্টর্নেসনেলগী জুরীক্তা ফমখিবা কংগ্রেস অহুমা মেগী অহানবগী মরমদা লৌখিবা রায়েপ্তুদা শিন্মীশিংনা কদায় কাওবা দায়ীত্ব লৌরকপগে হায়বত্থ মথাদা হাপচিল্লিবা অসিনা মশামা উৎচরে।

"মেগী অহানবা জুগিত্তা তৌগদৌরিবা মোংমদা পুং ৮ তমক থবক শুনবগীদমক মীয়ামগী সভাযাত্রা চৎপগা লোয়নননা মতম অমত্তদা মালেমগী শিন্মী কাংলুপকী থুন্নায়গী মহুংদা লৈরিবা অমগা অমগা খেন্নরিবা অসিবু থুন্নায় অসি শেম-দোক্লগা মরুফংনা মুখৎকে লাক্নরিবসিগীদমক্তা চপয়ুংনা নিংলিবা রাথলদা কাম্নবা পীহনগদবনি অমসুং মসিনা অমত্তা ওাইরবা লম্বী, মালেম মীয়াম পুম্নক্কী লম্বী, মালেম পুম্বগী শান্তিগী-লম্বীদা চংশিল্লকদবনি।"

মথল মথা অয়াম্বা দলশিংগী চুম্নতগী থরা শেমদোক্লগা

চংনিংবা লুচাংবশিংনা মেগী অহানবা লুমিংকী সভায়ত্রাশিংবু লড়াই তৌনবগী লুমিংশিং ওইহনবগী মহৎতা পোথানবা অমসুং কুম্মৈ ফিরোং তৌহনা লেপ্পনবা লুমিং ওইহন্দুনা মসিগী কাপ্পবা মচাকশিংছু ময়েং তাথনবা হোৎনরম্মী। মরমসিগীদমক্তা মখোইনা অহানবা মেগী লুমিংকী হেক থংনবা মমাংগী নোংমাইজিং অহৃদা সভাযত্রাসি চংনমবা কন্না তকশিল্লম্মী। নোংমাইজিং-শিংদদি থবক শুবা মীশিংনা থবক লেপথোকপা অমদোন তৌনবা মথৌ তাররমদে, অমা অমা ওইরবসু মখোইনা থবক শুকসু শুররমদে। চুম্ভগী থরা শেমদোক্লগা চংনিংবা লুচাংব-শিংগী মকমদদি মে ডে হায়বসি চুমগী মালেমসিগী থবক লেপ্পা পোথাবা লুমিং ওইরম্মী, মনাক্তা নৈথা লরাইগী লম্মাংশিংদা মুক্না-কাংজেং অমসুং হরাউ তয়ারবা কুম্মৈগী লুমিং ওইরম্মী। মহুদি মে ডে হায়বসিদা "কাংলুপকী থেন্নবা নৈরিবশিং অহুবু মাঙহন্নবগী পুক্নিংদা থপ য়ুংনা শিন্না কাংলুপমা লেপ্তুনা চংলিবা সভাযাত্রা" অহুগী পান্দম ফংনবা জুরীক্তী কংগ্রেসমা রারেপ তাখিবনি, মহুদি নোংমগী অশুমলগীদমক্তা মীনায় ওইহুনা নৈ-রিবা অমসুং ওৎপা নৈথোরিবা, শেক্লাও পায়বগী চংনবা পথাপ অসিবু মুথৎনবগী লাম্হৈনগে হায়বা অনিংবগা লোয়নবা সভা-যত্রা অহবুনি, রারেপসিমাদ চুম্ভগী শেমদোক্লনবা চংনিংবশিং-বদি করিসু অপনবা পীরমদে মরমদি ইন্টর্নেসনেলগী রারেপ-শিংনা মখোইবু পুন্দে হায়না থজম্মী। ইন্টর্নেসনেল সো-সিয়ৈলিষ্ট কংগ্রেসশিং অসি মখোইদদি চুম্ভগী মালেমসিগী

মরুপ মপাং ওইবগী অক্ষবা রাখল থম্লনবা, ইউরোপকী লৈবাক-শিংগী মথল মখা অয়াম্বা কোম্নুংশিংদা মতম মতমগী ওইনা লাঙ্গাওগী মমাংদা ক্রমথিবা কংগ্রেসশিং অচুম্বনি থন্দোকখি। মখোইনা মালেমসিদা লৈরিবা খুৎহাংলবশিংগী অপুনবা মালেম পুম্বগী ওইবা থবকপু অমসুং ইন্টর্নেসনেলগী কংগ্রেসশিংগী রায়েপশিং মখোইগী রাখলগা চানদবশিংত্ত অয়েম্বদা লংশেল্লবা অমসুং-চুমতগী চেদা তাবা রায়েপ ওইনবা অরৈবা পাম্বৈ শিজিন্নখি। চহি কুনগী মতুংদদি অশিগুম্বা থরা শেমদোক্লগা চৎনিংবা লুচীংবশিংগী "মালবা শুম্নায়" অমসুং "মালেম পুম্বগী" হায়বা লোন্দাশিং অসিগী অশেংবা কোগোক কোকপা শত্তম অচু চপচানা মশক তাবখি। ইং কুমজা ১৯১৪ গী ইন্টর্নেস-নেলদদি থরা শেমদোক্লনা চৎনিংবশিংগী লুচীংবশিংনা শিন্নবী কাংলুপপু লাম্না লমজিংগে হায়না হোৎনখিবদগী মামা হেক পোক্লকপদগী মাগী মতুংদ মরু মাচহনবা মরু অসি হুনখিবা মরম্না মচেৎ মচেৎ শায়হুনা তুৎখি।

পেরীসতা ১৯০০ দা ফমখিবা ইন্টর্নেসনেল কংগ্রেসনা হায়না অটৈ কংগ্রেসশিংদা ফংখিবা মে ডেগী রায়েপ্পু অত্তম অমুক লেপ্লখি, অমসুং মেগী অহানবা মশিংত্তা থবক লেপথোকপা পাংনা শীয়ামগী অপুনবা সভাযত্রা চৎপহদা হেন্না কান্নবা পীগনি হায়না রায়োল থোকখি। মে ডেগী সভাযত্রাশিং অসি হেন্না হেন্না মপাঙ্গল লৈরবা সভাযত্রাশিং ওইরকখি। সভা যত্রাশিং অসিদা অমসুং মুশিং অচুদা থবক লেপ্পা অসিদা শিন্নীশিং

মশিং হেয়া হেয়া য়াওশিল্লকখি। মে ডে অসি অঙাংবা মুমিন্থ ওইরকখি, মৈবাক পুন্নমক্তী শক্তি পায়রিবা মৈথিজায় কাংবু-শিংনদি লাকইবা মে ডে খুদিংমক মখোয়না অথিংবা পীরকপুনি হায়না য়েংলি।

## মে ডেগী মরমদা লেনিন

রুশিয়াগী রিভোলুসন শাগৎলকপগী অহৌবা মতাংদা লেনিনা মে ডেবু রুশিয়াগী শিন্নী কাংবুদা মীয়ামগী সভাযত্রা চৎনমবগী অমদি লড়াই তৌননবগী খুমিং অমা ওইহনবা মতৌং কয়া পীখি। ইং কুমদা ১৮৯৬ তা কৈশুমশংদা লৈরিঙৈদা, লেনিনা "সেন্ট পীটসবর্গ ইউনিয়ন ফোর দি লীবরেসন ওফ দি য়ার্কিং ক্লাস," হায়বা রুশিয়াগী থাইদগী ইহান হানবা মার্ক্সিষ্টকী কাংবুদা মে ডেগী মরমদা চেনা থরগী চেয়োল অমা ইখি। চেয়োল অসি কৈশুমশংদগী লোয়া মপান্দা পুথোরকখি অমসুং কল কারখানা ৪০ গী থবক শুবশিংদা মতুগী চেয়োল টৈমসিল-নহ্নবা কোপী ২০০০ য়েন্থোকখি। মতু লেনিনগী ইতি' ভিংনা অমদি মরেক শেংনা উৎনবা অতুগা তাব থরমথৈ চাউখৎলবা শিন্নীশিংনা লায়না থঙবা ঙম্নবা য়াম্না ভেমবা মওংদা ইখিবনি। "থা অমা মৈরগা ইং কুমজা ১৮৯৬ কী কাউয়রবা টেক্সটাইলগী (কোপাবগী শিন্নীগী) থবক লেপ্পা অম্দোলন অহু হৌরকখি,

শিল্পীশিংনা ঐখোয়দা হায়খি মচুদি পীক্না চমথবা মে তেগী ময়মদা ইবা চেনা খয়গী চেয়োলচুনা ইবাম হেক হায়না য়াখলগী ইচিং পীবমনি” হায়না চেয়োলচুবু মখদা মতোং পীখিবা মতমচুগী লেংমায়বা অমনা ইরম্মী।

শিল্পীশিংদা, মতৌ করম্না, মখোইবু থবক শুহমলিবা কারখানাগী মপুশিংচুনা শেল্লোংগীদমক ওৎপগে হায়বচ লেংনা তাক্লবা মতুংদা, মখোইগী ওইজগদবা পাল্লম অমত্তংগীদমক কপংনবা করিগুম্বা তাল্লুরবদি সরকারনা মতৌ করম্না মখোইবু চৈরাক পীবগে হায়বচ উৎলগা, লেমিম্না মে তেগী ইকায়খচগী ময়মদা মথা তানা ইরম্মী।

“ফ্রান্স, ইংলেণ্ড, জর্ম্মনী অমদি অতোপ্পা শিল্পীশিংগী অপুনবা ইউমিয়নশিং অচু মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলবা অচুম্বা লোয়নমা মখেইগী দাবী কংথবা লৈবাকশিংদা, এপ্রিলগী তাং ১৯ (মেগী তাং ১) দা [ রুশিয়াগী পাজিকানা গ্রেগোরিয়ান পাঞ্জিকাদগী চুমিং ১৩নি মৈথৎলি ] শিল্পীশিংগী ছুটি ওইনবা শিল্লাংলম্মী। মখোইনা মৈথুনা হায়বা কারখানাশিংচু থাদোক্তুনা যন্ত্রগী খোজেলগা ইয়োয়ননা কেষ্টুন তিংখোক্তুনা, সহরগী মরু ওইবা লৈরকশিংদা খোমক্তুনা, মখোইগী মথক্তা পাল্লিবা মীওইশিংগী মকমদা মখোইগী কনখৎলক্লিবা মপাঙ্গল উৎখি। মখোইনা অচৌবা মীয়ামগী সভাযত্রাশিংদা মখোইনা মাংগী চহিদা কংথিবা মখোইগী দাবীশিংচু পল্লচুনা য়া তাংনখি অমম্লুং মতুংগী লাম্হোংনবগী অমৌবা থৌরাংম্নু শেমগৎখি। থবক লেপ্পা

অন্দলোন তোৌগনি হায়বগী অকৌবা উতুমা মখোইনা হুমিং অহুদা থবক লেপথোকপগী অওমদ মখোইগী কারখানাগী মপুশিংনা লোৌগনি হায়রবহু লোৌহনবা ওনথিদে। হুমিংসিদা শিন্নৌশিংমহু মখোইগী মথক থোংবশিংদা মখোইগী দাবী : পুং ৮ থবক শুবা, পুং ৮ অমা কোয়বা-লংবা অমস্তুং পুং ৮ অমা পোথাবা হায়বসি লিংশিংহনখি। মসি হৌজিকমক্তা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী শিন্নী কয়ানা তায়রিবা দাবীনি ”

রুশিয়াগী রিভোলুশন্দা মে ডেমু য়াম্না খুম্নাং চাউশিন্নবদা শিজিন্নম্মী। “মে ডে ইন থারকোভ” হায়বা ১৯00 দা মখা লাইরিক মচা অমগী য়াহৌদোক্তা লেনিন্না ইরম্মী :

“রুশিয়াগী শিন্নৌশিংনা অনৌবা চহিচা হৌরকপগী অহান্বা চহিগী থা তরুক্কী মতুংদা তংহানবা মেগী হুমিংপু নিংশিংনরগনি, ঐখোইনা হেক য়াবমখৈ নিংশিং হুমিংসি মশিং হেক্সংলংগীদমক্তা শেমশানবগী থোৌরাং তৌবগী মতম চাংদুনা থবক্তা চংশিল্লগদবনি, মসিগী হেক তৌবা য়াবা থোৌরাংশিংহু পাক চাউনা তৌননবা শিনগনবনি, মহুদা য়াওয়গদবা মীশিং মশিং অতুত্তা লত্তুনা, তৌইগুমম্লুং মখোইনা মখোইগী নমথবা ওয়্রেরোইদবা লাম্হৈংগী লান হৌননবা মপুক্লিংগী চপয়ুংনা নিংবহু উৎলহুনা মখোইনা মখোই মশাগী কাংলুপকী ওইজবগী মরমদা মুম্ন ভাব তাবা অহু ফোংদোরক্কুনা অমদি মহুদা মখোইনা নিংথিনা শেম শাহুনা, রুশিয়া মীয়ামগী রাজনীতিগী মনিংমথা ওস্বা ফংনবগীদমক্তা, মহুনা মমৈদা খুৎহাংলবা কাংলুপকী কাংলুপ

চাউথৎনবগী নিংথা তন্নবা খুন্দাং অচুগীদমক্তা অমত্তুং মাল্লবা খুমাই অমা পুরক্নবগী কোংশা চোংথোক্লগনি।"

মে তেগী সভাযত্রাসিবু লেনিনা কয়া য়াম্না মরু ওইনা লৌরবগে হায়রছু, মামা মখোইদা থা তরুকী মতমগী মনাংদা মখোইগী মপূক্নিং চিংশিনবগীদমক্তা হায়রবনিদগী উবা ফংলগনি। মতোন্দদি মে তে অসি "রুসিয়া মীয়ামগী নৈতাকলোন্দা মনিং মথা তবা ফংনবগী থিংবা ওয়নোয়দবা লাম্নেং অমগী"? অচুপা, "খুৎহাংলবা কাংলুপ্পা চাউথৎলক্তুনা মচুনি মাল্লবা খুমাই অমগী অকোংবা লাম্নেং অমগী" মপাঙ্গল পুনশিল্লক্কবা মতাং অমনি হায়না লৌখি।

মে তেগী নিংশিং চুমিৎশিংনা গত্তো কয়ম্না "অচৌবা রাজনীতিগী সভাযাত্রাশিং ওইরকপা ঙমগনি" হায়বগী মরমদা লেনিন্না ১৯০০ গী থারকোভকী মে তেগী নিংশিং চুমিৎসিদা মত্তো কয়ম্না "তোমথিন ওইবা থোদোক" ওইথ্রিবনো হায়বগী মত্তাংসিদা মামা "থবক লেপ্পা অন্দোমসিদা মীয়ামগী মপৈ মপৈ য়াওশিল্লকপা, নৈরক্তা মীয়ামগী অচৌবা মীতিনশিং তৌ-রকপা, অত্তাংবা ফীরালবু ফন্দোকহন্দুনা, চেনা থরগী চেয়োলদা তাক্লিবা দাবীশিংচু পীথৎলকপা অমত্তুং দাবীশিংগী মিতোল্লোলমরী ওইবগী শক্তম অচু য়াওবা— মোংমদা পুং ৮ অমত্তুং রাজনীতিগী নিংথা তবা অসিনা ওইথ্রিবনি হায়না পাউথুম পীখি।"

থারকোভ পার্টিগী লুচিংবাশিংনা মোংমদা পুং ৮ থবক শুনবগী দাবীগা অত্তোপ্পা দাবীশিং হায়বদি লেজ-থুমগী ওইবা

দাবীশিংগা অমত্তা ওইনা পুনশিনবগীদমক্তা চৈ থাংখি ; মরমদি মহাক্না মে ডেগী রাজনীতিগী শক্তমচুদা করিগুম্বা মরম্ অমত্তমা মকশিনহনবা পামলমদে। মানা মসিগী রাহোৌদোক্তা ইরি :

"দাবীশিংগী অহানবগীদি ( নোংমগী পুং ৮ ) লৈবাক থুদিংমক্তা লৈবা খুৎহাংলবশিংনা থাজংলকপা মরামগী দাবী অচুবুনি। পান্দমসিবু মাংজিন থাদুনা পুথৎলকপগী অশেংবা মরমচুদি থারকোভকী মাংজিম থারবা শিন্মীশিংনা ইন্টর্নেসনেলগী মাম্নবা খুনায় অমগীদমক হৌরিবা ইহৌ অচুগা চেৎশিন্নবা তঙায় কদবনি হায়বসি তাক্লকপনি। তৌইগুম্বনুং মরমসিমক্তীদমক্তদি অসিগুম্বা দাবীসিদা ইচম চম্বা পান্দমশিং হায়বদি কোর্মেন্না নিংথিনা লোয়নবীনবা নত্রগা নোংমগী খুৎশুমল চাদা তরা হেক্তৎনবগুম্বশিং অসি মাওশিল্লোইদবনি। অচুম ওইনমক নোংমদা পুং ৮ থবক শুনবগী পান্দমশিং অসিদি খুৎহাংলবা পুবগী ওইবা দাবীনি, মসিদি লন্নায় কারখানাগী থবক্তী মপু অমত্তগী মকমদা তৌবা দাবী নত্তে তৌইগুম্বনুং হৌজিক্তী লৈরিবা লৈঙাকলোনগী চৎন পথাপ অমদি খুন্নায়সিগী মচুৎ ওইচুনা লৈরিবা শেঙাও পায়বা কাংবু থোকহন খুৎলায়শিংগী মপুশিং অসিগী মকমদা তৌবা দাবীশিংনি।"

## মে ডেগী রাজনীতিগী খোল্লাউশিং

মে ডেগী হুামৎশিংসি ইন্টর্নেসনেলগী মরুওইনা খুৎহাংলবশিংগী তাংকমশিং ওইরকখি। হৌরকপগী পান্দম নোংমদা পুং

৮ থবক ভাগদবনি হায়বগী মথক্তা শিন্মীশিংগী মথক্তা মখোইগী মে ত্তেগী থবক লেপ্পা অন্দলোম অমসুং সভাযাত্রাশিংগী মচুংদা মরুওইবা খোন্নাউশিং হাপচিনবা কৌরকখি। মসিদা য়াও-খিবশিংদি: মালেমসিগী শিন্মী কাংলুপকী চেংশিন-চানশিন্নবা, মালেমসিগী ওইনা চুপা চুপী চপমান্নবা তোউ পীবা য়ানবা; লোয়নম শন্দোকপগী লাঞ্জ'ও অমসুং লোয়নসু ওংপীবগী মায়োক্নবা; লৈবক কোক্লাংশিংদা থোক্তুনা লাউ-খোংবা য়াবগী পাঙ্গল কংনবা; রাজনীতি বন্দিশিং থাদোকপা; শিন্মী কাংলুপকী রাজনৈতিক অমসুং শেলগী কীন্তম কগংনবা অপুনবা মরুপ লিংথংপা য়াবগী পাঙ্গল অসিনি।

হায়গী অরীবা ইণ্টর্নেসনেললগা অমোয়বা ওইনা মে ত্তেগী য়াফমদা ভাংখিবদি ইং কুমজা ১৯০৪ দা আমষ্টরদামদা কমখিবা মীকমছুনা অমোয়বনি। সভাযত্রাশিংচুদা শিজিন্নখিবা খোন্নাউ-শিংছু অমুক হন্না নৈনরছুনা অমসুং অসিগুম্বা সভাযত্রাসি অতৈ লৈবাক কয়ামরুমদদি মেগী অহানবা চুমিংকী মছন্তা নোংমাইজিং চুমিত্তা মতম অছু কাওবদা তৌরম্বছুগী অচুম্বছুদা পুক্নিং চংশিন্নবা কৌরছুনা য়ারেপ্পুনা অংম্না লোইশিনখি:

"আমষ্টরডামদা কমখিবা ইণ্টর্নেসনেল সোসিয়েলিষ্টকী মীকমদা মালেমসিগী লৈবাক খুদিংমকী সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিশিংগী অপুনবা মরুপশিং অমদি শিন্মী মরুপ পুন্নমক্কী মকমদা মেগী অহানবা চুমিত্তা মোংমদা পুং ৮ থবক ভানবগী, খুংহাংলবা কাংলুপকী দাবী ওইরবা, অমসুং মালেম অসিগী

লাম তৌদনবা পুল্লী অমা লেন্নমবগীদমক্তা অরৈবা থোমা ষ্কুদোক্তুনা মীয়ামগী সভাযাত্রা চৎননবা কৌরি। মেগী অহানবা সভাযাত্রাসিগী থাইদগী কামগদবা লম্বীদি হুমিৎসিদা থবক থাদোকপনি। কংগ্রেস অসিনা মরম অসি লৈবদগী দেশ পুম্বগী খুৎহাংলবশিংগী সংগঠনশিং পুম্বদা ৫ গী ঙহানবসিদা থবক লেপ্পসি শিন্নীশিংদা অহুক হান্না অমাং অতা থোকহন্নবদি হেক অয়াবা মকমদা লেপ্পগী তত্তাম কদবহূ তানখি।”

এপ্রীল ১৯১২ দা সাইবেরীয়াগী সনাখোনিগী থবক লেপ্পা অন্দলোন.তৌবশি বু পাক্ক ওইনা হাৎতোক'পবা অহূদগীদি মতম অহুগী রুশিয়াগী লৈরিবা খুন্নায়ুগী চৎনবীশিংহুগী মৎক্তা খুৎহাংলবা মীয়ামা রিভোল্যুসন অমা পুয়ক্লবগী রাকমহূ মাংদা থয়রে, চহিহুমক্তী মে ডে হুমিত্তম রুশিয়াগী থবকশুবা লিশিং লিশিংনা থবক শুবা লেপথোক্তুনা অহুগা লৈরক্তা থোরক্তুনা জায়গা য়ৈথায়বগী সাসনগী মায়োক্তা ১৯০৫ গী রুশিয়াগী রিভোলুসনগী অহানবহূনা মায়থীখিবদগী নমথহূনা ল কপহুবু শিংনয়কখি। লেনিন্না হুমিৎসিগী মতাংদা ইরম্মী:

রুশিয়া শিনবা থুংনা তৌখিবা শিন্নীশিংগী মেগী অচৌবা থবক লেপ্পা অন্দলোন্দা অমসুং মহুগা মরি লেনবা লম্বী চৎখিবা সভাযাত্রাশিংহু, রিভোল্যুসনয়ীগী লাউখিবা থোন্নাউশিং, থবক শুরিবা মীয়ামগী মফমদা তাংখিবা রাভাংশিং পুন্নমক অসিনা রুশিয়া অসি অমুক নৌহৌনা রিভোল্যুসন অমা হৌবা য়াবগী মতাংদা চংশিল্লকলে হায়বসি তশেংনা উৎলে।”

## অহানবা মালেমগী লাণ্ডাওগী মনুংদা বে ভে

ইং কুমজা ১৯১৫ গী মে তেদা সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিগী লুচিংবশিংনা থোনা কয়া পোথাহুনা বিশ্বাসঘাট তৌ-খিবন্থ উৎখি। মহু ইং কুমজা ১৯১৪, আগষ্ট থাদা লোয়নন পাম্বা সরকারশিংগা কাংলুপকী ওইজনব; নাওংদা তৌনখিবা তাইশিনখিবা অন্থুগী মশানা তাজরকপা মহৈহেনি। জর্মনগী সোসিয়েল ডিমোক্রেসীমা শিন্নীশিংবু থবক্তা মায় ওনশিন্দুনা লৈমবা কৌখি; ফ্রান্সকী সোসিয়েলিষ্টশিংনা থোইদোকপা চেংকোং অমদা লৈবাক্কী থৌ পুরিবশিংগী মকমদা মে তেগী ময়মদা কিরুবগী কাম্বা লৈত্রে হায়না থাজবা পীখি। মীৎয়েং অসিমক লাণ্ডাওহুদা লান শোক্লবা য়াওরিবা লৈবাকশিংগী মশিং য়াম্লবা মাম্লবা থুনায় পুরকপা পাম্বা মীওইশিংগী মরক্তম্ন লৈখি। রুশিয়াগী ভোলসেভীক অমদি অতৈ লৈবাক্কী মশিং য়ামজদবা রিভোলুসনরীশিংতমা মামবা থুবায় অমন্থুং মালেম অসি অমত্তা ওইনবগী য়াথলহুদা লেংদনা লেপ্তুনা লৈখি। লেনিন, লুকজেম্বর্গ অমন্থুং লৈবনেক্টকী খোঞ্জেলশিংনা থুন্নায়গী অচাউবম কারবা কাংবুগী কুমৈ কীয়োংহুগী মায়োক্তা লাউখি। মে তে, ১৯১৬ তা শিন্নীশিংনা লম্বীদা থোরক্তুনা মখোইনা মখোইগী মরৈবাক মাংহনবা পাম্বা লুচিংবশিংগী হু চেনবা মতীক মঙান অহুদগী মাহোমক্তুনা লানথেংনরিবা লৈবাকশিংগী শিন্নীশিংনা মচেৎ মচেৎ ওইনা থৎনা-চৈনরকপা অমন্থুং থবক লেপ্পা অন্দোলন তৌরকপা অসিনা মখোই মশাহু হায়রিবা কীতমশিদগী নাম্থোরক্লে হায়বসি

উৎখি। লোনিন্নদি, অতৈ রিভোলুসনরীশিংনা হৌরগ্গনা "থু:দাংচাবা থিবা কাংবু (অনিশুবা ইন্টর্নেসনেল মুৎথিবা—এ, টি) শিথখিবসি শিন্মীগী ইহোৌদদি কান্নবনি" অমদি লেনিন্না, বিস্বাস-ঘাটকশিং য়াওনবা অশেংবা ইন্টর্নেসনেল অমা শেন্নবা কৌথিবদু মতমদুগী কিভমদুদা য়াম্না চপচাবা তঙায়ফদবনি।

জীম্মরবালড (১৯১৫) অমদি কীয়েনথাল (১৯১৬) তা ফমখিবা সোসিয়েলিষ্টকী কন্‌ফরেন্সতা লেনিন্না মালেমসিগী রীভোলুসনরী পাটিশিং অমদি মশিং য়ামদবা জাত্তিশিংদা মালেমগী লোয়নম পান্থশিংগী লাঞ্জাওদু প্রজা মীয়ামগী পেন্দবগী লালহো (সিভিল রায়) ওন্থোক্লবা লাউথিবা খোন্নাউ-দুগী অশেংবা মশক্তু উত্তুনা কান্নবা ফংখি। ইং কুমজা ১৯১৬ মে অহানবা দুমিত্তা বার্লিন্দা তৌখিবা অচৌবা মীয়ামগী সভা-যত্রা চৎখিবশিংদু, কার্ল, লৈবনেক্ট অমদি মাগী তুংইনলোইশিংনা মান্নবা থুন্নায়গীদমক্তা শেমশাখিবনি, মতুন, পুলিসনা কন্না থিংবা অমদি পার্টিগী লুচাৌংবশিংদুনা য়াদবগী মায়োক্তা মমথয়দু শিন্মী কাংলুপকী লৈরিবা মপাঙ্গলগী অকনবা চাংয়েং অমনি হায়বা তাকখি।

ইং কুমজা ১৯১৭ তা লাঞ্জাওগী লাত্তবোকপ্রবন্নু ইউনাই-টেদ ষ্টেটসতা মে তে অসি কনানদু থীদোক্লখিদে। সোসি-য়েলিষ্ট পার্টিগী মতুংদা য়াওরিবা থুৎহাংলবশিংগী মীওইশিংনা সেন্ট লুইদা তথুবা মীত্তিন অমা এপ্রীলগী হোয়রকপদা ফমখিব-দুদা তাখিবা লাঞ্জাওগী মায়োক্তা লেপ্পবা বরেপ্তুবু য়ান্না হকচিন্না

লৌখি। চার্লস ঈ রুথেনবর্গ, গতমহুগী লোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী লোকেলগী সেক্রেটরী ওইরম্বা অহুগা কোমদি কমিউনিষ্ট পার্টিগী হৌদোকপশিংগী মরুক্তা অমা ওইখিবা অমসুং পার্টিসিগী জে-নেরেল সেক্রেটরিসু ওইখিবা অসিনা লেমশাখিবা ইং কুমজা ১৯১৯ মে অহানবদা ক্লীভলেণ্ডদা তৌখিবা মীয়ামগী সভাযত্রাহ্ মশক নায়না য়াম্না ইচং থৌবগী খুদম উৎখি। শিঙ্গী ২০,০০০ দগী হেনবমা পব্লিক স্কোয়ারগী লম্বীদা পরেং লেংলুনা থোরকখি অমসু' মতুমা অমুক্তা লিশিং লিশিং থোমজিল্লকখি। পুলিসনা মীতিন অহুবু তমথীনা লাম্দারকখি, শিঙ্গী অমা হাংখি অমসুং অতোপ্পা অমনা য়াম্না শাথিনা শিবা য়ানা লোকখি।

ইং কুমজা ১৯১৭ কী মে জে, জুলাইগী নুমিৎশিংদা অমদি অরোয়বদা ওক্টোবরগী নুমিৎশিংদা রুশিয়াগী মীতোল্লুসনগী চাউথংপগী থবকশিংছ মপুংফাবা মতম ওইখি। রুশিয়াগী মীতোল্লুসনসি মীওইবা জাতিগীদি অনৌবা য়ায়ী লৈথুম অমা নোনা হাংদোকপনি, মসিনা মে ডেগী চংনবী মনাংতা অনৌবা ইনোং অমসুং কাম্বা হাপচিনবনি। মালেমসিগী লৈকংগী শরুক তরুক থোকপগী শরুক অমদা থুংহাংলবশিংনা মায় পাক্লকপসিনা আমেরীকাগী ফেডেরেসন অফ লেবরগী লুচীংব-শিংনা ১৮৯০ খৃঃ মে তাং ১ দা নীউয়োর্ক ইউনিয়ন স্কোয়ারদা তৌখিবা মীয়ামগী মে ডেগী সভাযত্রা ইহাক হানবদুগী লিংখিবা য়াথংছ অশেংবা অমা ওইরে। থৌদোক্লুগী থবক লেপ্পা

অন্দলোমদুদা য়াওখিবা শিন্মীশিংদুগী মকমদা "নোংমদা পুং ৮গী থবক তৌনবগী লড়াইসি তৌনা তৌনা ঐখোয়না অরোয়বা পম্বুংদু হায়বদি শেঞ্জাও পায়বগী নোংমগী অশুমল শীবগী চৎনবীসি মুখৎপগী মীৎয়েংদু য়েংবা তোক্লোইদবনি" হায়না য়ায়েন্থু পাথোকখি। রুশিয়াগী শিন্মীশিংনা ইহান হানবা ওইনা পম্বুংদু কংবা হানখ্রে হায়বসি প্রমাণ ওইরে। তৌই-শুবমুং ১৯১৭ তা আমেরীকাগী ফেডেরেসন অফ লেবরগী লুচীংবশিংনদি ১৮৯০ দা শেমখিবা পম্বুং অদুদগীদি য়ায়া লাপ-থোকপা হোৎখ্রে। মসিগী মরুওইবা মরমদি শেঞ্জাও পায়বগী চৎনবীসি লেংদনা লৈহল্লগা অমসুং আমেরীকাগী লোয়লম শন্দোক্লিংবগী থবক্তু থুম্মাং চাউশিন্না চৎপা য়াবনবা লমীছু তরু তনায়া থবা পায়ম্মী। মে তেগী লাম্বুংনবগী ইচং থোনাগী অনৌবা আর্থ অমা শীরবা রুসিয়াগী ইতিহাসীক ওইরবা পম্বুংশিং অদুনা আমেরাকাগী শিন্মীশিংগী মপুক্লিং ;থোগৎপা পাম্মনে, হায়রিবা মুমিৎসিদি শিন্মী কাংলুপ্না মাগী মালেম পুম্বগী কাংলুপকী চেৎশিনহনবা অমদি শেঞ্জাও পায়বগী অওং অমৈদগী মনিং মথা তম্বা কংনবা অমসুং নোংমগী অশুমল শীবগী চৎনবীসিদগী নাম্বোক্লবা মুমিৎনি।

ইং কুমজা ১৯২৩ মে তেগীদমক্তা "রার্কর" হায়বা চয়োলগী পাউচেদা চার্লস ঈ রুথেনবর্গনা ইরম্মী—"শেঞ্জাও পায়বা কাং-বুনদি থম্মোয়দা অকীবা পোকপা অদুগা শিন্মী কাংলুপকীনা মুংওয়রবা পোকপা— মালেম পুম্বসিগী শিন্মীশিংনা ইউনাইটেদ

ষ্টেটসতা মাংগী চহিদা ইতিহাসকী কহিগুম্বা মতাং অমদা তৌখিবদগী .হয়। চাউনা কমিউনিষ্টকী ইংহৌসি কুমসিদা উগনি... হেয় চাউবা পন্থংশিংগী লম্বীদি শেংদে.রে, ইউনাইটেদ ষ্টেটস অমদি মালেমগী কহিগুম্বা মকম অতৈদমু ফুংগী লাকদবা মতম-সিদি কমিউনীজমগী মায়কৈদা লাকপা তঙায় কত্রবনি।”

“রার্কর” হায়বা চয়োল পাউচেসিদা মীয়োল অমগী মমাংদা ইং কুমজা ১৯০৭ কী এপ্রিলগী তাং ২৭ তা (চহুগী মে ডেগী খুৎনমদা, ইউজেন ভি, ডেবসনা : “মসি ইহান হানবা অমম্বুং ইন্টর্নেসনেল লেবর ডে নি। মসি শিন্মী কাংলুপকীনি অমম্বুং রীভোলুসনগীদমক্তা কথে ল্লবা স্ক্রুমিৎনি” হায়না ইরম্মী।

মে ডেগী ইচং থৌনাগী মনাৎ অহু অম্ম চাউখৎলক্লিবহুবু অপনবা পীনরবা, আমেরীকাগী ফেডেরেসন অফ লেবরগী লুচাংবশিংনা চুয়ূচগী শিন্মীগী স্ক্রুমিৎ অমা ওইনা সেপ্তেম্বরগী অহানবা নিংথৌকাবা স্ক্রুমিত্তা তৌননবা য়াথল য়োকখৎলকখি। স্ক্রুমিৎসি ১৮৮৫ দা লমদম অমত্তগী ওইনা হৌরকপা মতমদগি লৌখৎখি অমম্বুং কায়নখংদদি মেগী অহামবদা তৌরিবা মিংশিং স্ক্রুমিৎতুবু মুখৎনবা হিদাক ওইনা অয়াম্বা রাজ্য সরকারশিংনা শকখংলকখি। অতোপ্পা মহু হাৎনবা হীদাক অমা ওইনা অমুক হন্তরগী সাসন্না আমেরীকান ফেডেরেসন অফ লেবরগী লুচাংব-শিংগী মতেংনা মেগী অহানবা স্ক্রুমিৎসি অঙাং মশা মউ কহনবা স্ক্রুমিৎ ওইনা লাউথোক্তুনা মৌনা লিংখৎখি। অঙাংগী রাইক থৌরমদা ইথং থংহৌদনা পুক্লিং চংশিন্নকপগী অশেংবা অর্থদি

অহুমগুইনমক, আমেরিকাগী ফেডেরেসন ওফ লেবরগী এক্সি-কিউটিভ কাউন্সিলগী মীকমদা তানখিবা মথাগী মরীলৈনবা মতাং অসিদগী মশক শেংনা তাকথোকপা ভয়ে, "কমিউনিষ্ট-শিংনা হৌজিক ফাওবদা লেগী কাং ১৭ লেবরগী হুমিংনি হায়না লৌরি। মেগী অহানবা হুমিংসি অঙাংগী মখা মউ ফহনবা হুমিং ওইহনগদবনি হায়না ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী মীয়াম পুন্নমক্কী মফমদা লাউথোকখিনবা কংগ্রেসনা তাখিবা য়ারেপ অমুনা প্রেসিদেণ্টপু লমজীং তাকপা মতুংইন্না, ভন্দিগী হৌরকুনা মেগী অহানবা হুমিংসি অঙাং মখা মউ ফহনবা হুমিং ওইনং চৎনরগনি। মসিগী পান্দমদি চহি অমগী মতম চুপ্পদা অঙাংগী ভাক শেনবগী য়াথল অমা পোবহন্নবগীদমক্তনি। মসি থাইদগী হেন্না মমল য়াম্লবা মরম অমনি। মতাং অসিমক্তদা মেগী অহানবা হুমিংসি থবক লেপথোক্কুনা অন্দলোন তৌনবা নত্রগা কমিউনিষ্টশিংগী নূমিংনি হায়না লৌররোক্কদবনি।"

বোলভ ময়েক্সা ইংরবসি ঐননি—এ, টি, ]

## ১৯২৯ গী অরুবা তানফম

থবকী চাংয়েংদগী ফংবা লৌশিংদগী ভগশিল্লূ হাম্নবা য়ানিং-দকুনা, য়ৈথিঙ্গায় ওইবা ট্রেড ইউনিয়নশিংগী লুচিংবশিংনা অহানবা লাঙ্গাওগী মতুংদা চ  অমরোম চুপ্পা, শেমগৎ শাগৎপীজবা শিল্পী

মীলিয়ন মীলিয়নবু শেংগংহন্না শেঙ্গাও পাম্বশিংনা থুরে হায়রবগথে শিল্পীশিংবু হুমদেককদৌরিবা অছুগী অমাঙ অতাপগী কল্পনবা শেমশাহনা লৈহন্নবা হোৎনবগী মহুত্ত। শেঙ্গাও পাম্বা নীতিগী মথাদা অতৈপা লৈতনা চাউখৎলক্লিবা অহুমবু শেম্বাম্নদা উহন্নবা মথৌ য়াম্না ছিনবা শাশিন্নহনা হুদিন্না লৈথোকখি। ১৯২৯ গী লোয়শিল্লকপদা শেলগী কীতম্না [illegible]চেং [illegible]চেং অাহনা মাংখি, মতমতুদা ট্রুষ্ট অ দি মোনোপোলি কাংবুনা মাংথরক্খি অমাবা পোৎলুমশু শিন্ন' কাংলূপকী মথক্ত [illegible] কল্প পাম্বামী, মশিংবু কল্পনবা অমত্ত ভায়রবা লম্বাদি শিল্পীশিংগী থবক লেপ্পা অশ্যালান তৌবা তামঙ্গ থবক ক দবা শীন্নামগী লড়াই তৌবা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈখিদে। লড় ইশিংসিগী মতৈন, মপুংদদি কমিউনিষ্টশিংনা মরুওইবা লুচিংবগী শরুক য়াখিবনি, মতমহুগী হায়বদি ১৯৩০ গী চহিশিংহুদা আমেরীকান ফেডেরেসন ওফ লেবর অমদি সী, আই, ও দা মিং চনশিল্লকুনা আমেরীকাগী শিল্পীশিংনা মথোইগী মথক্তা থাইদগী ফত্তবা হায়বমখৈ নন-শিল্লক্নদবহুবু থক্তোকপা ওমখি অমদি মথোইগী গণতন্ত্রগী অধি-কারশিংগীদমক্তা লমখৈ পাকথোকহনবা ওমখি; মসু আমেরীকাগী শিল্পী কাংলুপকী ইতিহাসতা ট্রেড ইউনিয়নগী সংগঠন শাগৎপদা থাহদগী থুম্নাং চাউশিনবা মতাং অমনি। ইং কুমজা ১৯৩৫ দা সী, আই, ও লিংখৎলকপা অসিনা অমদি পোৎয়াম পুথোকপা কারখানাশিংদা থুনা য়াংনা সংগঠন শাগৎলকপনা লেবরগী ইহৌ পুম্বগী অমত্তুং লৈবাক অছুগী ওইনা ইতিহাসীক ওইরবা কাম্বা

ঙ্কংবগী মরুওইবা পন্থুং অমা ওইথি। আমেরিকাগী শিন্মী-শিংগী পেন্দবগী থংহৌ হৌরকপা ইহৌ অসিনি মহৈমা, মখোইগী চপমান্নবা অধিকার ফংনবগী অন্নলোন্দা লেপ্রো মীয়ামগী লাম্হেং-ছুগী খুন্মাং চাউশিনবা মরুওইবা ফিভম অমা শেম্মকথি, মতৌ অমুম তৌহুনা ইউনাইটেদ ষ্টেটলকী গমতন্ত্রগী মীচংশীদমক্তা থন্না হেন্না মপাঙ্গল কমথংহনথি।

লোয়লম পাম্বা কাংবুশিংগী লঙ্গাও অমদি রীতোলুসনগা মাংদা অমুক্তা থোকথিত্রিবা শেলগী মরায় চায়থরকপা ফীভম—হায়রিবশিংসি তেমগ্রবা চক অমা মথায়গী মপুংদফি— মতমসিদগী মালেমগী শেঙ্গাও পায়বগী চৎমবীসি সধারন মরায় চায়থরকপগী থোংচৎ অমদা চংশিল্লকলে। অহানবা লঙ্গাওগী মতমদা থোরকপা লোয়লম পাম্বশিংগী অমগা অমগা থৎনবহুনা মসিগী ফিভমসি থোরকপদা হেন্না কনশিনহল্লে। থরা অমুক হেন্না মসিগী মথক্তা মালেমসিগী কংফালগী শরুক তরুক্কী অমদা শেঙ্গাও পায়বগী চৎনবী পথাপ মপুং ফানা মুথৎথিবা, লোয় চন্দুমা লৈরিবা লৈবাকশিংগী থিংবা তমত্রবা য়নিং মথা তম্নবগী লাম্হেংনা চাউথৎলকপা, খুন্মাং চাউশিল্লবা শেঙ্গাও পায়বা লৈবাকশিংগী হিংবগী থাক য়াংথৎনবা অমদি মখোইগী গণতন্ত্রগী অধীকার লেংদনা থম্নবা লোয়ননা মতু পাকথোকহন্নবা অচেৎপা অনিংবগা লোয়ননা তানলক্লিবা দাবীনা মরায় হায়গৎলকপনা অয়াম্বা মকমদা শেঙ্গাও পায়বগী মরায় চায়থরক্নবা মরম হেঙ্গিনহল্লে। ট্রষ্ট অমদি মোনোপোলীশিংনা মখোইনা শেল-

থুম অমদি রাজনৈতিক পুখিদা খোল্লী মেজুনা পাররিবা. অসিবু মেজুনা থম্লবা কোরথি থিরি অমসুং ফেসীজমগী টৈয়োরীষ্ট ডিক্টেটরসীপকী অম্বপ্পা মরমচং অহুনা গীওইবা থুমায়গী থিংবা ওয়েরোইদবা চাউথংলক্লিবা অসিবু নমথনবা হোৎনরি। ফ্র.ন্স, ইংলেণ্ড অমসুং ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী মোনোপোলীষ্টশিংনা ফেসিষ্টকী ইহৌশিংবু মথোইগী মথুক্তা লৈজবা পাজল পুন্নক শিজিন্নহুনা মপাজল ফনথংহন্নবা হোৎনথি অমদি মায়থীথ্রবা জর্ম্মনীদা ফেসীজমবু পুক্লিং থোগৎনবা অহুগা লোয়ননা শেলগী মতেং পীথনবা হোৎনরি অমহিকসুং শিম্মী কাংলুপকী অমসুং চাউথংপা পাম্বা মীয়ামগী মরক্তা লৈরিবা কাংবুগী মপাজল শোমবা লৈবাক পুন্নমক্তদি ফেসিষ্টকী মায়পাক্লবগী লম্বীচু হাংদোক্লি। পুন্নমক অসিনা চহি চা কয়ামরুম চংনা তানশিনলবা মীওইবগী গণতন্ত্রগী পন্থৎশিং অহু মালেম শিনবা থুংনা মোনোপোলী শেলেপ্পা মাংহন্নবা হোৎনবতা মত্তনা অতোপ্পা মালেমগী লাঙ্গাও অমগী লম্বীদা শোয়দনা চংশিল্লকলে।

## ফেসিজমগী মায়োক্তা থেংনবা লাঙ্গাও

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৩ দগীনা ১৯৩৯ ফাওবসি জর্ম্মনগী ফেসীজম্না মালেমসিদা য়ৈথারনবগী অতুবা তাজিন ওইরকপা মতম্নি। সোসিয়েলিষ্ট থুমায়গী লৈবাকপু মরু ফংনা মুথৎহনগে হায়বগী

লাঞ্জাও অমগীদমক্তু: লোয়লন পাম্বা এঙ্গ্লাণ্ড আমেরীকামা পুক্নিং থৌগত্তুনা, জর্মনীগী কেসীজমন মালেম পুম্বসিবু নমথগে হায়রবগী লোয়চল্লিংবা পান্দমগী য়াথল লমজৌং অমগা লোয়নমা অনিগুবা লাঞ্জাও অমগীদমক্তা মীয়ম মায়না শেম শাগৎখি, তাঞ্জাসিমক্তদা জাপানগী লোয়লন পাম্বা কাংবুশিংনা মখোইগী ওইজবহুনা মাংওইনয়হুনা থৌয়াং'সদা থুংশময়রকখি। অসিগুম্বা লাঞ্জাও অসি মাগী শাজং অহুমক্তুমা মালেমস্নিগী মিংত'ম্বা লৈবাক খুদিংমকী মায়োক্ত তমশিল্লকপা মশানা তাখি। কীতমসিদা মীওইবগী চাউথংলবা থুময়সি কম্নবদি মালেমগী মকম খুদিংমক্তা লৈরিবা ওংপীরবা প্রজা মীয়াম পুম্নমক্তা অমদি লৌমী মীয়ামগা অমত্তা ওইনা পুম্না থুংশময়হুনা চংমিন্নরগা থেংনমবা হোংনবগী লম্বীদা লৈরে হায়বসি তশেংনা উরে। মখোই অসিতমা, মখোইমা মোম্বা থবক, মখোইগী অপুনবা অমদি তাকথোক্নবগী থেংনবতমা, গণতন্ত্র পাম্বা শক্তি পুম্নমক অহুগা জাতী অমগী লৈজরিবা মচাক ময়ল অহুনা মোনোপোলী কাংবুনা ইমশিল্লকপা মানে তাক্নবগী মশক ওইরবা মৈথিঙ্গায়গী খোংজাংবু লেপহনবা ঙমগনি। হৈং কুমজা কুন্ত্রাগী চহিশিংদা, ময়মসিদগী কোসষ্টকী লান্দায়থপা কাংবুগী মথক্তা থেংনমবগীদমক মে ডেদা গণতন্ত্রগী পাঙ্গল পুম্নমক পুনশিনহন্নবা অমত্তুং মালেমসিগী অমৌবা মীহাৎপা অমনা থুনা চংশিল্লকপসিবু প্রজা মীয়াম পুম্বনা থিংনবা হোংনবগী খোম্হাং য়ৈরকখি।

অনিশুবা লাঞ্জাওবা চিংনফিঙাই লৈতনা শিল্পী কাংলুপ্না জাতী অমগী য়াংলেন শরুনি হায়বনি তশেংনা উংথ্রে। ক্ষেমৌজন্না শক্তি পায়বা ওয়ন্নবদি মালেমসি মাওতাক্লবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অমদা লংশিন্নমগনি মরমদি শিল্পীশিংনা তোথায় তোথায় তাহুনা লৈবনা, অছুপা মানা গণতন্ত্র অমদি চাউথংপা কন্নবা মালেমগী মকম খুদিং শিন্নবা থুংনা মীওইবগী গণতন্ত্র পাম্বা মীশিং অয়াম্ববু পূল্লা খোমজিন্দুনা কেসীষ্টকী হীংচাবা অন্থবু নৈহৎনবা অনস্তা ওইনা তাশিন্দুনা কনা লাহেংনমনত্রবদি মানা মায়পাকপা ওয়মগদবনি। অমস্তুং অনিশুবা শিব তায়বা লানফমসিদা মকম খুদিংমক্তা লৈন্নিবা গণতন্ত্র পাম্বা মীওইবা পুম্বনা মখোইগী মামংমক্তা উরে মতুদি সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্তুং মালেমগী! লবাক খুদিংদা লৈন্নিবা থবক তৌন্নিবা মীয়াম-শিংনা লৈবাক্কী নিংতম্নবা, গনতন্ত্র অমস্তুং চাউথংনবগীদমক্তা ইতিহাসিক ওইরবা লাম্হেং অমা শোক্লন্নি।

লাঞ্জাওহুগী মস্তুংহুদা মকম খুদিংমক্তা লৈন্নিবা শিল্পী কাংলুপ্না থবক্কুদা মায়পুনহুনা কেসীষ্টপু মাওহম্নবা খুৎলায় শামা শানা মে ডেবু নিংশিংখি লাঞ্জাওহুগী মতুংদা শিল্পীশিংনা মাগী মাগী থবক ওকমদা লেংদনা থবক শুহনা লৈন্নগা কেসীষ্টকী লাম্নৌ-শিংবু মাংহন্নবা মীহাৎ খুৎলাই শাগৎপগা লোয়ননা মে ডেবু নিংশিংমখি। শিল্পীশিংনা মখোইগী মপুক্কিদা কেসীজমগী লেমহৌরিবা ফত্তবা মচাকশিংহু মরুকংনা মালেমসিদগী মাও-

হয়বগীদমক অছুগা মোনোপোলী শেলেপ্পা অমুক হয়া কেসী-জমগী লম্বীদা চংশিল্লকুনা মাপী কা-হেনবা কচ্ছবা লৈভাক পথাপশিংছ শিজিন্নগে হোৎনরকপচ্ছবু থিংনবা লৈবাক খুদিংমক্কী মীয়ামগী মপুংদগী চাউথৎপা পাম্বা মীওইশিংগা অমদি শিল্পীশিংগা পুনশিন্দুনা মীয়ামগী অথোইবা পান্দল ( মোভেমেন্ট ) গণতন্ত্রবু লেংহন্দসা অমম্বুং পাকথোকহন্নবা, মতম কুইনপী ওইনা মালেমসিদা শান্তি থম্নবা, মীওৎপা অমদি নৈহৎপীবগী মথুড়গী কম্নবা, নিংতম্না লৈম্নবা সোসিয়েলিষ্ট খুম্নাঙগী মালেম অমগী-দমক্তা ইং কুমজা ১৯৪৫ দা অনিশুবা লাংলাওনা হেক লোয়রবগা লামঙম্নবা অমদি নোমা মন্নিংমথা তম্বা ক'লম্বা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা তৌথিবা ইহান হানবা মে তেগী মুমিং অচুম্বা শিল্পী মীলিয়ন মীলিয়ন্না খুজীং ওইছুনা সহরগী লম্বীদা হাদোরকখি।

মে তেগী মুমিত্তা লৈবাক খুদি'মক্কী শিল্পীশিংনা শান্তিগী অমদি তুংগী মীওইবা জাতী পুম্বগী হেন্না মুংঙায়রবা পুন্সি অমদা হিংমিন্নবগীদমক মালেমগী মীয়াম পুম্বগী মফমদা মালেম পুম্বগী চেৎন-চান্ন লৈননবা অমম্বুং মরুপ মপাং ওইনা লৈননবগীদমক্তা রাখল অম্না পোকপীনবা খুরুমজখি।



—০—

অহানবা মণিপুরগী খুৎনম মে ১, ১৯৮৬, বুক্স এণ্ড পেরোডিকেলস, কলিকাতাগী খোজামবীবগী অয়াবগা লোয়ননা ফোংবা।